# মৈরীনা মালেমদা খাঙহৌরে

ইমো খৌদামচা




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল

[illegible]

[illegible] – [illegible]

[illegible] – [illegible]



অহানবা ফোঙবা – আগষ্ট ১৯৯৯

অফোঙবা – চিলিয়া পব্লিকেসন, খোংমন্না মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা।

মমল – লুপা ২৫

ফঙফম থোকপা – অইবা।

মখুম য়েকপা – প্রেমানন্দা নিংঙোম্বা, খোংমন।

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্রাওবুং, ইম্ফাল।

# ব্রারোল খরদং

মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবশিংনা মশা-মশানা ইজবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবা হায়বসি ইতৎ-তত্তনা থোকই। মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা শক্ ১৯৮৬ তগী হৌনা সাহিত্যগী চেফোঙ অমসুং লাইরিক কয়া পুথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরক্লি। সোসাইটিসি নহা ওইরিবা অইবা-অইবীশিংনা পুনশিন্দুনা শেম্বা মপুঙ ওইবা থৌদাং লৌরিবা সাহিত্যগী সংস্থান্নি। মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা অফবা অইবা-অইবী মশীং য়াম্না পুথোক্লবা হোৎনবা হায়বসি সোসাইটি অসিগী পান্দমনি। পান্দমসিদা য়ুম্ফম ওইরগা সোসাইটিনা ব্রারীমচাগী লাইরিক মঙা, শৈরেংগী লাইরিক মাপল পুথোকখ্রে। ঙসিদি সোসাইটি অসি সাহিত্য একাদেমি, নঈ দিল্লিনা শক খঙলবা সংস্থান অমসু ওইরে।

হন্দক ফোঙজরিবা ''ইমো থৌদামচা' না ইবা ব্রারীমচাগী লাইরিক ''মৈরীনা মালেমদা খাঙহৌরে'' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিনা সোসাইটিসিগী তরামঙাশুবা লাইরিকনি, অদুগা অইবগীনা ব্রারীমচাদা অহানবা পুথোকচবনি। ফোঙজরিবা ব্রারীমচাগী লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেদা মশীং অমা হেনগৎহন্দুনা অনৌবা মহাও অমা ফংহল্লিবা অসিদা নুংঙাইজবগা লোয়ননা ব্রারীমচাসিগী অফ-ফত্তা পুম্নমক্কী মশক লেপ্পীরক্লবা খঙ-হৈরবা খ্বাই ময়ামগী খূৎতা লাইরিক অসি শিন্নজরি।

থিংবাইজম শরতচন্দ্র
*জেনরেল সেক্রেটরী*
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,
ইম্ফাল

*ইম্ফাল,*
*তাং ২ আগষ্ট ১৯৯৯ ইং*

# ৱাহৈ খরা

ৱারী মচাগী ওইনদি অহানবনি খঙ্ভু-উরুবা, খল্লকপা খুদিংদা সুম হেক ইথোকখি। অদুক হাক্লা হৈথোই-শিংথোইবগী ৱা ঙাক নত্তে। কা হেনবা মহাও নত্রবসু মথেন ময়ামগী মরক্তা থেৎচনীংদুনা খুদোল তমজবনি। অমুক্তং লৌখৎতুনা য়েংবীয়ু। লোয়ন-লোয়ননা মণিপুরী লেটরেরী সোসাইটিনা অচৌবা থৌদাং লৌবীদুনা লাইরিকসিবু পুথোকপদা মতেং পাংবীখিবগীদমক সোসাইটিসিগী মরুপ মপাংশিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

*ইম্ফাল, আগষ্ট ১৯৯৯* ইমো থৌদামচা

# য়াওফম

# মৈরীনা মালেমদা খাঙহৌরে

চাদবনা মশিং য়াম্লবা, পূক অমুক্তং থনবা ফংজরবদি হায়না অফঙ অফঙ থিরি। তোম্বগী মমা নারকপা তরানিরোম শুরম্লনি। মচেতোনগা নোংঙালবগা চাননবা থিরকপনি। মথক্তা মচে অমা লৈবদু অনাবা সেবা তৌহৌরি। মখোয়দু কদায় তান্না চৎখ্রবজাৎনো – নুমিৎ অসি আ য়ৌখ্রেসে। চাকখুম লৈরঙ চিফেৎ চিফেৎ মূৎলম্বদগী ঙরাং নহালদগী পুংমূৎ মূৎখ্রে।

লাইবক ফবদগী হনুবী অমখক্লা মাগীদ পানবা পুংতোন খরা পীরক্লুনা মখূত্তা পায়বা ফংলবদা মচেদা হায় 'ইচেতোন চৎলসি, ইচেদি ঙরাংদগী চাদবনি।'

চেন্না চেন্না লাকই। মীনা থা-নবীদ্রবসু অচৌবা লান শোক্লরিবা লাম্মীশিংনি। মরক মরক্তা মখোয়বু লৈতা লাইরবনি হায়না চাক চখোম্মকা পীজবীরকপা নত্তনা পূমথাক থাকপদি ঙম্বা নত্তে, থোইনা খনবীদে।

নাহেদুনা খাঙলিবা মমাগী মনাক্তা লাম্বগী মৈচাক্লা পূক্লুংদা তমথীবা হেল্লক্লুনা ঈপাই হৌরম্মী। মীৎমাঙদা পোপ হেক থম্মী। খঙহৌদনা খূদুম থানা য়ানুংদা নমশিনখি। অনৌবা পুন্সিগী অয়ূক্লি, শাৎকায়বতা ঙাযরিবা, লৈহাও চেন্দ্রবা লম অমগী। তোম্বা মথৱায় নুংঙাইতে। ইনাক খুনবা অমুক্তদি ওইগে খল্লি। খিত্তং চাবনা ওকপা হৈরবা মচেনা মশা তেকখৎলপ তৌনা 'অতৈসিদি হয়েংগী থম্মসি, লোয়না চাথোক্লগুমসি।'

পোৎ খুদিংমক মহাও লৈবদৌনা তৌই। চাবা য়াবা খুদিংমক মখোয়গীদি চাক্লি। শিংলি নাওরিশিংদা করম্বা ঈ চেল্লিবনো খঙদে। য়েনগায়গুম্বা ফমুংদা নাহেরিবা মমাদু য়াওল্লকই, কুইরে মাদি চাদবা। মচেনা ঙশায়গীদু উৎলগা 'মসি চারগা ফত্রা য়েংসি, চামন্দদনা পত্থবা ওইরম্মি।'

করি পাউখুম পীরকপগে। মীৎলুদগী কুমথরকইবা পিরাং নত্তনা। মপূরোইবগা লৈনরম্বা ঈচেল পূমতৎ তৎখ্রে। লৈকংলা ওইখ্রে। মঙলানগী অহীং কয়া মঙফাওনবা লৈতনা ঙাইখি। য়েন্দায় ওল্লবা খাংপোক্তগী ফাওজিল্লকপা নোংদোল থৱাম্মীচাক'মা থৱায়নি খল্লুরি। চহী নিপাল মপুঙ ফারে লালহৌবশিংগী মখূত্তা খম্লুং সাৱা তানখিবা। মদুমক্কা মখোয়গী অপেনবা ওইখি। ঙসিনা মহাক্কী অৱা তেংথা ওইরে। মচা অহুমসিগা লেনগদবা মরেনশিনি মম্লিবা। চরা থীবা চৎকদবসু মতম শাংলে'খে নাদুনা লৈরে। কনানা মতেঙ পাংলবা ঙম্বগে হৌজিক্কী মতমদা। নোংমতা কাংদে মীহাৎ মীপূন তোয়বে। মপা মশক খঙদবা নৱা কয়া থৌদু নুঙগুম্না কংলৈপাকসি ৱাই চাইরে। মচা কায়নববী মমা কয়াগী মীকপ মীরাওখোল নোংমতা কাংদ্রে। চাদোন ফিদোন্দুনা কংলৈপুঙগী মশক থীহল্লে।

ঙসি মচেতোন্দু চাউভলগী মচানীপা শাথীবদুনা থবী অমগীদমক থীনা ফূবীবে। তোম্বা কিদুনা চেনখ্রে। চারাম চদৎনরবা মচেতোন চৈন খাঙহৌরি।

চাউভল চঙ্লক্তুনা খাম্মী 'ইবুংঙো অঙাংদু থাদোকপীখো, লৈজদবনি নুংশি।'

— বাজিনা হায়রিবদো ঐ য়ানীংদে। হয়েং চাউরগা করি ওইরকপা হৌনবগে। পারা অমা তম্বীবা ফৈ। নুংশি নুংশি হায়দুনা কয়ারক য়েংবীরবনি। ঙসিদি য়েংবা ঙম্লরোই।

তঙক তঙক চৈনা খাঙনা কনবীরক্করা হায়না চাউভলদা য়েংজৈ। শাথীবদুনা অতৎ অখম লৈতনা ফূজিল্লকই। খাম্বগা নংহৌদে। অঙাংদুনা চানীংদুনা হেক্লুবগী হূরানবা শিবা নুংঙাইতে। নহালমখৈসু অপাম্বা হেকহল্লগা ময়ূমদা হলহনখিবনি। ঙসিদি সুম থোকউ তমখ্রমাল্লে। শাথীবা মচাগী মখূত্তা তাখ্রে। মীনা কূম্মে ওইরে।

মশা লাক্তুনা শোরো শোরো চিংলগা খাংপোক তম্না পুরকই। তোম্বা থাজরমদবনি খবা কিবা হৌনা কিহল্লগা থাদোকপীরক্কদ্রা নীংলুবগা ওন্ন

তৈন্নরে। ইমুঙদা চেনশিন্দুনা মাসু লোৎলি। মমানা মাঙ্গোলদা য়েংহৌরি। থোঙ্গালদা নোংশা অমনা শজি অমবু খৌবূম থন্না উন্নগা চঙ্লকপগুম উরকই। মমায় মায়থোঙ খঙমম্ মমশিনখি। অশিবগুম মমাঙদা পোপ থাদররে।

পেন্দ্রদুনা অমুক খৌজেংদা মিহুন হুনবা নীপাসিনা নোংলৈ নুংশিত্তা য়াওরকপা নোংথাংগী খোঞ্জেলগুম লাৱাই লেমফৃদা 'হে ওক্তবী ! নচাসিগী মথৱায় খাকপীরবনি। মথংদদি য়েংউ, ঐসে কনানো হায়বদো।'

মশা পৃন্বা অকিবনা কুপশিন্দুনা ৱাহৈগী নাতৈ অমফাওবা কাংজবা ঙমদে। শ্বর খাঙতপ্তা লেপখিবগুম তৌই। সিদগী হেন্না তুশোন্না হিংবা লৈত্রে। তাইবঙপানসিদা মাগী কনাসু লৈজদ্রে। চৈফম মশিং খঙদ্রবা লৈমায়দা তারিবা মচাবু কোনখৎলগা মথৌনা য়াওদনা শোল্লি পাল্লি কপ্লি। অশোকপা মফমদা নিংশানা ময়াই চম্নবা কান্বীরি। অকোয়বা নুংশিৎ নুংশা হু ওল্লবশিং পৃম্নমক তাঙ্খোল্লি। মীৎলুগী পিরাংসু লেপ্লমদে।

চেঙ মুৎ অমত্তং পুক্ন-হংলুফম লৈতে। মচাশিংগী হাংলবা মবৃক্তা চাক মরু অমত্তং তাননবা হোৎনবদা উপায়ফম লৈত্রবী ৱাজরবী মহাক্কী মতেঙ পাংবীনবা কনাবু লৈরিবগে ? মীসু মাগী মাগী মহুম ফানবা হোৎনবা ঙাক্লি।

হৌখি নোংমা নোংমা - - - - - -

ঙসি লৈকায়দা উসব অমা লৈ তোম্বা ঙস্তানা শঙজরকপনি। কনানসু খঙবী উবীদে। মফম অদুৱাইগী কোঙ্খোঙদা মথন্তা শান্নরি। অমুক লীৎ, অমুক য়ান . . .। মহাক্না অমুক্তং চাউদুনা মমাগী মতেঙ পাংবা ঙম্লবদি কয়া ফগবা ! মমানা লাইরিক লৈবা ঙমদবদগী মহাকপু স্কুল তমহন্দ্রে। ফৃরিৎ খোঙ্গ্রাও অহনবা নোংমতসু শেৎহন লীৎহনবা ঙমদে। মীনা মখোয়বু লমহেন তুহেনবা অমোৎপা অঙাংগী মনুংদা শিংথানরি। মহাক্না মীহাৎপশিংদু য়াম্না শাউনীংখি। মপাগী মশক উনীংখি। চাউথোকচনিংঙি। অদুবু অরেম্বনি, পুন্সিসিদা তান্দুনা ফংলরোই।

মতম ওইরক্লে। ময়াম চাক্লুক মনাক্তা ফম্লগা মখয়াৎ লাওনা কাথোক্লগা য়ানুংদা নমশিনখিবশিংদু মমীৎ-মনা য়ং য়ং শাগৎলকই। মশাদো হাইরং হাইরংই। হন্দকমুক্তি খরা নক্লা চঙশিল্লি নুংশিবীরকরা হায়না। তাঞ্জাসিমক্তদা অঙাউবা অমা প্রপ প্রপ চঙগ্রগা শুমাং মতোন্দা লেপ্লুই। হরাও হরাও ফমহল্লগা পীজখি। শোমদনা লাম্বগী মৈচাক মৃৎহনবগী মহুত্তা শীং য়াঙবা হেনগৎলক্লি।

অঙাউবগী খৌরি উতোংদা ঈথক নাইনা চঙখিবা থৱায় চেক্লাবু কল্লক্কুনা পূক্কী লম্মৈনা ৱায়খৎলকইবা জিবা মচাসি খাঙবা ঙম্লক্রে। শাদানবগী তেন্না থারবা শজিগুম্লে। অঙাউবনা হেন্না লুরবা চক্সিদা সুম-তাওনা অনৌবা লৃ-দা চীক্লবা যৃম্বী কয়াদি ইখন খনখিদরে। তোম্বা অঙাউবদা খানা খানা য়েংলি। মাবুদি কনানসু উবীদ্রি। খল্লি — অতিয়াগী চেক্লা ওইনীংলকই। তোংনীং তোংনীং পামেল ফৈবাথক্তা তোংদুনা অহাওবা কয়া মনীং তম্না চাবদু পাম্লকই।

ময়াম হৌগৎনখ্রে। অদুবু পীজবীনবা খৌরাং উদ্রি। হন্দকমুক্তি অঙাউবগী মনাক নক্লা চঙশিল্লগা লেপ্লুরে।

মবৃক পেরবা মীওই কয়া অমনা মবৃক ইহাপ হাপ্লবা তোম্ববু মমীৎ মনা শিংবমখৈ উবা হৌরকই। তোম্বা ইতুক তুকথৈ।

মীনুংশিগী ওইবা খোঞ্জেল অমা তাবা ফংই 'হাই ! অঙাংসি ঙশায়দগী উবগুম তৌইনে অশুৱাইদা অমুক্তা ফমহল্লু।'

অশেংবা চাক্লুক অমা শেম্লগা থাংজিনবী। মায় পাকপগী লন্বী উবা ফংলক্লবদা মতু-মমাল খীংলকই। অরাম্বা মবৃক্কুবু চাগেদি হায়দ্রদুনা য়োমশিন্নবা হোৎনৈ। মরমদি মাগুম্লবা লাম্লবা পূক খরা যূমদা লৈহৌরি। চাদবা য়ারোই পূম্নমক্কী য়াথংনি। খৌবূম থন্না নম্বা হৌখ্রে। তরক তরক ঙরাংগী নৱা অমনা লাঞ্জাও অমগীদমক থৌনা ফনা চোংথোরকপদু কনাগুম্বনা শোন্নৈ হায়নৈ, 'কয়াদা মরায়বক থীরবা অঙাংনো মমাগী মতম্বাক্তা কেজবা য়ারিবনি। ও ! নপাদুদং লৈজরম্লবদি . . .। মীবু চঙহাৎ হাৎপা ঙম্বা লৈবাকসিদা ৱাই চায়রে। থকসি-খাশি লৈত্রে। লৈবাকসি মওঙ অমা তৌরে।'

করিগুম্ব-কান্দা মখোয়বু মনুংশিবী। চাক হায়বদো ফনা কুইরে পূক অসিদা মরু অমত্তা তারক্তবা। শ্বর চনীং তারে। ঙসিদি নুংশিবীবগী পাল্লি তারমাল্লে। থুমোক মচা অমদা অশেংবা চাক এঞ্জাং মফম চানা হাপ্লীদুনা অমুক হায়রকই, 'সে ! সে ! থুমোকসি যূম হেক য়ৌবগা পুরকউ।'

হরাওবগী খম থেংবা পন্দোল লোম্লে। লাই অসি লৈতবদি নত্তে। মাগী খৌজালসিনা মতোয়না ফংলবদি অৱা ঈপাক লাম্ছোক্তুনা নুংঙাইবা লমদম ফংগদৌরিবনি। চাক্কী লানসিবু করম্বা মতমদা লোয়গবা। মহাক্কী মমাগী মীৎলুদগী মত্তোয়না শিম্ছবা পিরাংগী লমন অমুক্তংদি শিংনিংঙি। মখোয়না মসি য়ৌনা শোখ্রিবসি অচৌবা যূম্বী অমা তুখিবননি। হয়েংগীদি খঙদে ঙসিগীদি

নোংদম্বনা তম্বীরে।

নোংমদি নুমিদাংবাই'মা অঙাং ময়াম্না তোম্ববু লৈক্নে হায়বগী শাউরক্তুনা নুঙদুম অমনা লংখিবদা অমদা পাল্লুরে। ঈনা পুমঙাং ঙাংনা লৈমায়দা হাইথগ্রে। মীনা চোনগ্রে। তোম্বগী য়ুমদসু ঈচাউগুম্না থুমগ্রে। ময়াম চঙদুনা ফৃবদা তোম্বা উতুপ তাবগুম তারে। তুগদবগী ঙাইরম্না খাংপোক ইম্বুরে। লৈকায়দগী তাম্বোকখিনবা ৱারেপ তাগ্রে। লাইরবীনা কপচৈ লাউজৈ মখোঙ পায়দুনা খুরুমজৈ, 'ঐবু চৎলু হায়বদুদংদি হায়বীগনু। ঐগী লৈফম চঙজরুনফম লৈতে – তোল্লবী কনা লৈত্রবীনি। নখোঙ পায়দুনা খ্বায় ময়ামদা হায়জরিবসিনি। ঐবু ঙাকপীয়ু। খ্বায় ময়ামগী মরুম থৃপ্না হিংজরিবনি। ঐ . . .।'

তেংথা নাওইবা ৱাহৈ কয়াবু তারগা নুঙদগী হেন্না কনশীনগ্রে থম্মোইশিংদো। চিনবানথোংদগী থোরকপা য়াব্রা খৃদিংমক মীনুংশিগী থৌজাল মচেৎ অমত্তনসু মতাবীনবা লৈতে। মালেমসি ফৃক্কদৌগুম তৌরে। লাইরা খাংপোক অদু খাম্বী মৈ ৱায়খ্রে . . .।

পিরাংনা লাকহৎলবী চাদবনা য়াঙ্গংলবীনা হন্না হন্না ৱাকৎচরকই, 'লৈবাক খ্বায় ময়াম্না থৌজালগী মীৎয়েং অমুক্তদি য়েংবিয়ু। ঐবু ঙাকপীয়ু। মসি নত্তনা অথোয়-অহেন ৱারেংজনীংঙাই লৈজদে। ইচাশিংসি পুরগা কদায়দনো চৎকদবা . . .'

থৌদু নুঙদগী হেন্না কনখ্রে। মহাক্কী ৱাকৎ কনানসু তাবীদে। পিরাংনা লাকহৎলি। মকোক মউ ফাই। হিক্রা হিক্রা কপ্লি। লৈমায়দা য়াতারিবা মচাবু কোন্দুনা, 'ইমাগী ইবুংঙো ! চৎসি লমদমসি লৈহৈদ্রে . . .।' মনম'থক্তা থোগৎলি। মচে অনীনা মীৎলুদা মখৃৎ নোইর নোইরদুনা মমাগী ফিজি য়ান্নে। থাংঙমদনা থাংখি মখোঙশিংনা। মনম থক্কী মচাদো 'ইমা' হায়না অমুক্তসু মকৌরক্তে। নোংদোলদা মপাউ পুবা অমুবা মৈখু মপৈনা চৎখ্রে। মৈরীনা মালেমদা খাঙহৌরে। শোন্দম নাদম চৎখিবদু পেন্না পেন্না য়েংনহৌই।

৯ / ৯ / ৯৪ ইং /

# খুরামচাগী তাইবঙ

কুম লায়নানা নারকপা দেহে নাহেদুনা খাঙলকপা ফনা কুইরক্লে খুরামচা। মসিগী মথক্তা চাননবগী লাঞ্জাউ অমা। ব্রাচেৎকুম্লবা শরূদা তপ নপশীনখ্রবা উনশাদু হীদাক ফনা থাদুনসু নোয় পেল্লক্কনি থাজদে। মসি ফাওবা শিনীংদ্রি, অমর ওইনীংলি। য়ু য়োন্দুনা পুন্সিসি অমুক্তং হৌগৎপা ঙস্ত্রা য়েংগে খল্লিবা মীশক্লি।

শোরোক্তা মৈরা পায়বী অমদি ক্লবকী নহারোলশিংনা 'য়ু য়োনবশিং লৈকায়দগী তাম্থোক্কনি' হায়বনচিংবা মাইক পান্দুনা লাউরক্লিবদু মহাক্কী রাদরগুম্না নাকোংদা তারি। শাউগল্লবা মচিং মতাদুদা মথন্তা, ন্যুক্লিঅরগী বোমদু শুব্রায়দা ফংলবদি তরামুক্তং পোকখায়হন্দুনা পূল্লপ উৎ ওনমীন্নগে খল্লি। অসুক চাউখত্তবা লমসি থমদুনা কান্নদে। তুগদৌবগী ঙাইরিবা হোরো-হরাবা য়ূমগী মনুংদা মচু ওল্লবা ঙবোংগা লৌশিং কাংলোনগী অঙ্ক হোৎপদু ফল তাবা ঙমদে। মদুগী মহুত্তা মিহুনশিংদুনা উনশাদু কাপখৎপা লাক্লরকই। ফেল ওইরবা তূম্বাদু শিথ শিথ খূবা লোক অদুনা পুগদৌগী তৌই। তাঞ্জাসিদা মচা অতোম্বদু লেক্লা থাগৎলবা কোচি-কোরাং মফম খঙদ্রবা খোঙগ্রাউদুগা 'বাবা ! য়ু য়োল্লগুমসিকো।'

মমীৎ কোরি কানা 'করি ! গধা থীবোংজাও ! চৎলু, চাক হাপ্লোয়।'

নোংথাংনা থব্রায় চূপ্লবা উপাল অমগুম লেপ্লম্মী। ব্রাচেৎকী মশিংখাদু

নোংশা ফাওবা লম্বা পাবদা হায়ফেৎ নোপকনি।

— চৎলুনেহে ভূট।

উপালদু নোম্বা হৌই। অহোবা খোঙগ্রাউদা মখূৎ অনীমক হুমজিন্দুনা চপশিল্লগা জ্ঞান মাঙলগা থোকখি। মচে কোকফাবী মনীংলোমদা চঙ্লক্লগা চাকখুমদা বালটিন তপ্পা থম্বনি। কোক হায়খি। লোয়ননা মহাক্কী পাক শীৎতোকপা লৈত্রবা মনাতোন থুৎ লাওনা চিংখৎখি। মহাক ইমুঙদা কান্নবা মীশক্লি। খুরামচানা য়োল্লি হায়বতনি মাননি। হৈবগী দাগ, পৈশা লৌশিনবগী, হন্দোকপগী, অঙ্কগী ওজানা হেঞ্জিনবা য়ারোই। ঙসি মায়থোঙ তাইফেৎ তাইরে। লাইদ নত্তনা মী ফাওবা য়েংশিল্লে।

নুমিদাংৱাইগী হৌনবী খুরা তোমচৌ ঈশৈ ঙংলদুনা লাকই। ওফিস কূম্লকপদা খুন্দা চঙ্লকঅমগনি মরোল মরি ইশেং শেংদে। থোঙজিন কানশিল্লকপগা 'হৈমা ! খুরামচা উচূক য়ূংবদৌনা কৈদৌরিবা ? নশাদু অমুক্তদি খিঙ্ঙুদা।'

কোকফাবী মুশিন মুনা লেপ্লম্বা উবদা ময়া য়াওবোই য়াওদবোই কংনোক্কা লোয়ননা 'আই ! চো . . . চোবী।'

চিংথা চিংথা ঙাংবা তোমচৌগী ৱাঙাংদা শাউরংননা, 'অঙাউবা।'

'অহায়ো' হায়না নোক্লগা খুবামচাদা ওনশিন্দুনা 'রাউন্দ অমত্তং।'

ৱাতোনগুম্না ফেৎ ফেৎ হাইরবা থনোপ্পববা তোমচৌ ঙেক ফমথখি। কোকফাবীনা 'লৈতে' খুম্মী।

— হায় ! শোৎলোইনহাই তূ য়েংউ উদ্রো।

মঙা চৎপী অমা উৎলগা খুরামচাগী লৱাইদা অমুক কামথখি 'ইবুংঙো খোঙগ্রাইজাও ! ঈখৌ লাংঙেনহে। আমিত্রদু হৈথরো গোবীন্দদা কৎলগে।'

ঙবোং মথক্তা অচৎপীদু নমশিনখি। শেলয়াইদুগী ময়াইদা খুরামচাগী শিংলি নাওরিদা ঈচেল হঙ্গৎ-হন্দা চেনবা হৌরকই। কোকফাবীসু কাংখদগী গিলাস্তু দক থম্মী। তোমচৌ য়ারি ঙাক্তা নোক্লগা, 'পানগদৌরি ! পানগদৌরিকো ! ইমৌ ওইথোক্কে। ননাতোন্দুদদি ঈঞ্জিন্না শেংনা চিংথোরকউকো।'

— 'হনুবা য়াতেকপা !' অশাউবীদনি।

— আ আই ! খুরামচা . . . !

শেৎ লাওনা অমনবা দেহেদা থাই। তোমচৌগী রাশি চবুন চবুন্না খেকথরকপদু থৌ-ব্রা শাদনা ফিনুংদগী অচেৎপিদু চোক চোক হৈথৈ। লৈরাংগী লৈনম্মা ফুঙ ফাউরকপদু মচীন্দা চপ চপ তৌরদুনা কুচু পানবীবু থাংগৎলগ, 'গোবীন্দগী থৌজালনি' হায়রগা চিংশিল্লি। রস য়াউবদুনা ওইমানে ফজনা শুগৎখি। অপানবীনা তাইবঙগী লাইয়ূমদা ওংলবা মতমদা শাথৌ কনবা হেনগৎলকই। পেং-পাং ইচোয় চোয়রকই।

একশন পাল্লবদা ঙবোং মনুংদগী লীৎখৎলকইবা হং মাল্লবা অদুদা, 'ইবো! মীদি হৌনখ্রে, নঙদি সুম-সুম শুম চারেনে। দেহেদুবু যম্না লৌগদবা মাল্লে। ফৈ ফৈ সিট কল্লম্মু ভেন্দর হাংনবা।'

খুরামচাগী থোপ য়ৌনা চঙখ্রবা লংত্রিকপা মমীৎ অনীনা য়েংলগা পাউখুম পীরকই, আহ্ . . . হ্ . . . হ্ . . . !

— ইস ! ইমাই পেম্মা ! লব্রাই হেক শাৎলিদা।

শ্বর হোল্লিব্রা হায়না মশা নোম্মী, জ্ঞান তারদুফাও। একশন পূমতৎ তৎলি।

ঙাইহাক উন ব্রাইমুক চিকউরগা, 'বাকিদা অমদি য়াবনি। তলব ফংগদবা কুইদ্রে, শৎ পীবনিকো ! খঙদ্রেদা ইচা ইমৌনদি নুংশিখিদ্রবা। হৈজিল্লুবনিনকো ! ইমান ইমান্নবশিংনা গোবীন্দা কারি। হুঁ ঐদি হং মাল্লবা খুরামচা ওইনা শুব্রাইদা সুম ভক্তি তৌরে। হায় ! চৎলগেনে নঙবো ?'

কোকফাবীদা কিরুপ য়েংলগা বাকিদু হৈথৈ।

— হা . . . হা . . . লান্দ'বাইসে। পুন্সিয়ুকো পূকফবা। ঐসু থায়নঙৈ মূক্লা যাত্রানিদো — হোয়দহৈ পুন্সিগী মহাও হায়দুনি।

মঙক থাংগত্তুনা অরোয়বা রাউন্দ থাজিনখি। লোয়ননা কদায় কদায়দৈনো ঈশৈ ঙংলগা হাইরং হাইরং থোকখি। খুরামচাদি খনবা য়াবা খলহৌই। অদুবু যম্না থোঙ্গালদা ঙাইরিবা মশা লায়েংনবা পাই অমত্তসু লৈতে। হৌজিকপু লৈকায়দগী তাম্থোকপা হেরা — দেম . . .। ফিনুংদগী মৈখেৎ পুথোক্তুনা পোদোন চূখৎলি।

শাউরকই কোকফাবীনা, 'কৈনো থাউ লোয়খিনি।'

হোয় মাই হায়দে। হান্নগী ফিবমদা হঞ্জিল্লি। ফক্লাং অহোবদগী চঙ্লকপা মালংনা মৈরীবু ফেৎ-ফা তৌদুনা মাঙখ্রবা অদুঙৈগী শক্তম পুথোকপা কন্না

লাক্লরি। করম্বা মতমদা ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙালগুম ঙাল্লক্কদৌরি ? কাংখা — লুকখাদা উচিনা লৈচাক মশিং খঙদনা ইনখৎলকইসিনা মীনা মশিং থাবীদ্রবা মহাকসিবু মহাও লৌনবা থৌরাংলিব্রা ?

ইখঙ খঙহৌদনা নুমিদাংবাই অমা খুরামচাগী য়ুমদা মীয়াম্মা ঈশিং ঈচাউগুম ফুজিল্লকখি। কোকফাবী তুম্পক তাশিন্দুনা থম্মোইগী মিহুন ফাজিল্লি। নিংশা শ্বর হোল্লি হায়বা ফাওবা কাওখ্রে। মশা থক থক নীকই।

ময়াম মরক্তগী নহা অমা ঈ শাগৎলদুনা ঙবোংগী মীদুদা, 'পুথোরকউ নত্রবদি . . .।'

খুরামচা নুঙ ওল্লবা মীশক অমগুম লৈমায়দা ফল্লি। লঙজা ময়াম শদোং মচেৎ মচেৎ শেৎকদবগী পাইশিন্নরকই — ময়া লাউনা কারদুনা। ঈরিক অমখক্লা শিংলি চামনিপাল শীনবা থুংনা রোকেৎকী খোঙজেনগুম্না থরায় পুদুনা খাঙলিবা মীশক্তু তোঙানবা মহাও অমদি ওইরম্বা তাই।

— ফজনা হায়রিঙেদা পুথোরকউ, ননম কনগনু, কয়া নুংঙাইরোই।

ঙরাংগী ঙাখা অমখক্লা থক-খা ওন্নবা, ব্রাহৈসি হায়রকপদা মথন্তা তাঙ্গোই তানা চাকপগুম্লকই। নাকোং শিংজা য়ৈবা হেল্লকই। অসিগুম্বগী নীল খোংবসিনা ক্বাক পুখরবা য়ুমথক্কী ইকুমশিং শুব্রায় শুব্রায় কেন্থরক্লি। লাম্মী মপৈ অমগী মমাঙদা লানফা অমগী পীকশিল্লবা থম্মোই মচা অদুবু লেমথা হেক থাদোরকখিগদ্রা ? ঙবোং মনুংগী শক্ল পোলাং চিংথোকপা হৌরক্লে। মুল্লবা হৈরাংনা লৈমায় তম্না কেন্থরকপদুঙাই।

— ঐয়ে, ঐয়ে . . এ . .।

নাহেখোলসিনা থব্রায় চেক্লানা খম্নুং সাব্রা পাংখ্রনি মিপাইজরদুনা তফি তফি চেনশিঞ্জরকই কোকফাবী। ময়াম চঙদুনা ফায়। তমথীবা খোঞ্জেলনা লাউরকই, 'হাৎলগেরো ! ঐখোয়বু হাৎলগেরা হায়বা ? মী য়ু য়োল্লগা কল্লকপ্রো ?'

— হায় মসি করম্বা অঙাংনো . . . ?

থৌনা ফবী, ফবা কয়াগী ব্রাহৈনি।

— নুংশিৎ ফারগা চাউ হায়রিরো ?

'লৈবাক মচাশা মসিসু মরু কোকসি। থীয়ু থীয়ু . . .।' ককচেং ময়াম ব্রা কায়বদু মঙায় কাংখা-লুখা, ইখ্খোল শম্বল থুংঙি।

— লৈরে লৈরে মসিদা লৈরে . . . ।

মহৈ-মহৈ পংপুদা পুথোক্লরকই । লিক্লি অহাংবা হাংদবা . . . কোকফাবীনা মুনগদবগী লাক্লে । অশাউবগী মৈ চুখৎলবা মীয়াম্না লিক্লি মখু হাংদোক্লুনা মথক্তা হৈথৈ । জর . . . জর . . . ।

কোকফাবী হৌজিক্তি কোক ফাদ্রে, লৈনম পুবা লৈরাংগী লৈহিনা লুপ্লে নুংশিবগী মীৎয়েং লোয়না মাঙখ্রে । হেন্নদুম শাউবগী ঈনোৎ হাপখ্রে কোকফাবী হিক্রা হিক্রা কপ্লকই । কদায় কদায়দৈনো থৌরি লংদুম পুথোরকই লিক্লি পরেং লেংঙি ।

— নচীন কনবগী শোরোক্তা চৎকদবনি খঙলব্রা ?

মসি হায়রগা মঙকশমদা পরেং অমা হুকচিনবী । মসিনসু লোয়দে পদ্রাক পদ্রাক তারিবা খুরামচামুক ময়াম চঙদুনা চিংখৎলি । মঙোন্দসু অ হুকচিনবী ।

মচীন কনবী নুপী অমনা হায়রকই 'শিরুম্নদুনা কান্নরোই ! হৌজিকম লমজাউ শোরোক্তা খোঙ্গোইনগদৌরিবনি ।'

পুমনীল নীল্লি ।

অতোম্বা থোঙ্গালদা মমাদো কৈথেল কৃম্লকপা ঙাইরি, ঙশায়দগী । ম হেক য়ৌরকপগা তম্মী । লাইরবীদু তফি তফি চেনশিনখি ময়োম মচা অমগা উরে শা-ষণ চিংবগুম তৌরম্লিবা মতৌদু ।

— তোল্লবা মীদুদা ওৎলগা পেল্লদ্রো . . . ?

ব্রাদু লোয়রম লোয়ফাৎত্রিঙৈ তাংজা লিলহা ময়াম্না য়াই মুন্নবগুম মকো অদো মুন্নখি । লায়রবী উপাই লৈতে ।

— লৈবাক মচাশা ! মকোক মউসি শিং নান্না কোকথোকউ শুনু য়াইঙ তৈশিনশি । হৌজিক ফাওবা কৈদৌরিবগে নহোয়বো . . . ।

চারোয় ক্বাক ময়াম অমা ওমশিনখি মথং মথং । কৈথেলদগী লৈর মৃত্তনবা চেঙ খূয়ামত্তং ব্রাঞ্জরকপা পুমচাই চাইরে ।

পেহৌ পেহৌ লৈমায়দা মারদুনা, 'শলাক শারেদনা সিদি কদায়দৈ'মু লৌরুনি ।'

চোইরবা শম্লাং চোল্লুপ চোল্লুপ কাতিনা চরপ চরপ চপ্পা হৌই । থৌশা চাইরিবা থব্রায়শিং তাশিনবা লাক্লে — খোঙনেৎনরবশিং ।

তাঙাশিমক্তদা তোমচৌনা য়াক্লবা খোঞ্জেলদা, 'হায় নখোয়বু ঈচেল লেপ্লবা মীদুদা কৈদৌরিবগে ? চাদবনা খৌগংলবা জিবশিংসিদা খবৈশিংদুনা তমথীনা ওৎলিববো ?'

মমীৎ মনা য়ুংখৎলবা নহা অমনা, 'হে অহল ঈ নৌথহনগনু। মীওইববু মাঙহল্লিবা নীপাসি মপুন্সি চুপ্পা জেল নত্রগা তাহ্বোকখিবা। ফত্রবা পূম্নমক শুমচিৎনা শিত্তোকখিবনি পাম্মীবা।'

— হা . . . হা . . . হে অথৌবা। চাউখৎপা খুন্নাই ! সি নত্তবা কৈশুমশঙ অমা লৈরিবরা — করম্না কৈশুমশঙনোবা ?

— তাধনদি কয়াম পায়শিল্লবা ? পেন্দ্রেদনা সিদমুক চঙ্লকইবনিনে। হা কাম্মু। শোরোক্তা চৎপা য়াওবা তাবনি।

চরোয় ময়াম 'চেক-চা, চেক-চা . . .।'

তোমচৌ হম্বুরকপদা কোকফাবীগী মরু শিৎ নানবদু উরে। মঙক্তা লিক্লি পরেংনা থোল্লম্লে। য়ূম্বুরেশ্বী হিক হিক কপ্পুনা অচাইবা চেঙশিং তাশিল্লি। চঙশিন্দুনা কোকফাবীবু চেৎনা কোনশিল্লি, হন্না হন্না চূপ্পী। চোৎলবা মশাদা তাপ তাপ পায়রগা থম্মোই পান্দবশিংদা মমীৎ খানা য়েংঙি। ব্রা-লান ঙাংদনা য়েংলম্বদগী মীশৌ চঙলবা খুরামচাদা ওনশিন্দুনা, 'খুরামচা নঙ অশি লৈবাক্তা চৎলোকো। নঙ শিরগা লৈবাকসি নুংঙাইদৌরি।'

লৈমায়দা তারিবা শরূ পোলাংনা মশিংখা ফূদোক্তুনা, 'শিরোই। ঐ শিখিরোই, শেংদবা নুংশিৎনা মফমসিদা য়াতারনু। পূম্নমক থোকখ্রো। থোঙজিনসিদগী অশেংবা নুংশিৎ লৌগে।'

শরূ পোলাংদু খপ খপ চিংলদুনা কূৎলবা লোকলম অনীদগী ঈচেলনা শোন্দম নাদম চেম্বুরকই।

অমুকসু পেন্দবগী খোঞ্জেলনা লাউরকই, 'হে লাইরবা ! হে অশিবগী লাই, ঐবু লৌশিল্লো . . .।'

নীংঙমদবগী খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লে। লৈমায়দা মরাইবক তক্তুনা পেন্দবগী মীকপ্পা তেংথারকখ্রে।

কোকফাবী পেরি পেরি, 'ঐসু চৎকনি . . . নোংমতা পূক থলহন্দে . . . ফজবা শেংহন্দে — লাইরিক তমহন্দে — চানবগী লম্বীসু . . .।'

চোংঙা কাক অমত্তা লৈত'গুম্মী। তোমচৌনা মখা শমথরই, 'ঙসি তলবসু ফংঙি লুপা য়াঙ্খেসি পোৎয়েং পীরমগে। হয়েং ফাওবদি পু-পুগী তরপ্তগী হিংখো। খুরামচা লৈহৌরোকো। তীনবীরিবা মীয়াম সভানা ব্রায়েল চত্থবীহৌরো . . .।'

চেক-মোক লাউখিদরে . . .।

মীশা চাগনি কাথোক্লম্বা লঙজাশীংদু মচীন

উমশিন উমশিন অহাঙবা তম্না তৃমিন তৃমিন পাইথোকখি।

১৭/৯/৯৪ ইং/

# হোস্পিটলদা

লম্ফেল হোস্পিটলদনি। ৱাকচিংগী নোংনা থিৎলি থিৎলি তাবা ঈংলবা নুমিদাংনি। কৈথেলগুম্না ঙুং-ঙুং নীল্লবা পাকাগী লৈমায়দা লমজাও শোরোক্লুম মখোঙশিংনা শোরো শোরো চিংদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। চিলড্রেন ৱার্দতু কোল্ড দাইরিয়ানা অনাবা কয়া শোরোক্লুম্বা লৈমায়দা ফাওবা ৱাই চাইরি। নীল্লবা মরকসিদা নৱাশিংগী হৌনা কপ্পা নত্রগা পলেমশিংগী তেংথাখোল য়াওদবা নত্তে। খূৎ হাঙদ্রবা ডাক্তর সাহেব য়াম্না এক্সপীরিঅন্স লৈরদুনা ষ্টেঠস্কোপ্পকা য়েংদ্রে। অঙৌবা চেজেত্তা লাইৱাশিং ইরগা হেক্তা পী। মরকসিদা মুস্লিম নুপী অমা মচা পমদুনা লাকই। মহাক নাতৈ চাদ্রে। মশাদা পোৎলূম'মা নন্দুনতা লৈবা মাল্লি। থীক নেম্মী, মমায় মায়হিংনা চারে। কনামতা লোয়নরক্তে। কিথুপ কিরুম থোয়না হায়জ চৎচবা ঙমদে। মচাগী ফিবমদি শোকএ। ফনা কুইনা ডাক্তরগী মনাক্তা লেপ্পুনসু পাল্লিদি ইয়ৌ য়ৌবীদে। মতুংগী কয়া'মা য়েংখ্রে, য়েংগদবগীসু খূরক হাঙদে। ডাক্তর সাহেব শ্বর চনিঙ তানা হোনগে তৌবদা মায়হিংনা হারবা মঙাল য়াওদ্রবা থাজদু উরে। শ্বর খঙলেপ লেপ্লগা, 'পুশিল্লকউদনা . . .।'

য়াথং ফংলদুনা শোৎ-শোৎনা চঙশিল্লে। মমীৎ ওনখৎলগা সাহেবনা য়াক্লা, 'ঙশায়'খে কৈদৌ-লৈ ? ফিবমসি খঙদ্রা, অঙাংসি হাৎকদৌরিনে।'

চেজেত্তা কলম মচীন্দু রোকেৎকুম্না থৌখি। অদুগা, 'সে, থুনা লাক্কদবনি . . .।'

মায়হিংগী নুপীদু মিহুন কাংলোন কায়বগা লোয়ননা থব্রায় য়াওরবা চেজেত্তু পায়রগা মঙলাক্লরি। মখোঙ অনীমক নীংঙমদবগী থৌরিনা ক্রক ক্রক পুনশিনখি। থরাক থরাক য়াল্লিবা থব্রায়গীদমক পাকাগী লৈমায়দা লেপকং কংলি। খঙহৌদনা অমুক, 'চৎলুদ্রিবা হা . . . ? ঐনা ফহনগদবা নত্তে, হীদাক্লা ফহনগদবনি। কদায়দৈ অঙাউবীনো নঙবো ?'

শোল্লবা মায়থোঙনা তথক্লা হায়রকই, 'সাহেব ! লেমনকা পীবীবা য়াগদ্রা ?'

নুমিৎ চূপ্পা ব্রাকবগী মকথী'মুক ফৃদোক্তুনা, 'করি ! নোয় হৌনবীদু তৌরকঅব্রা ? ফার্মাসি ফমদেনে। অনাবা য়েংবা ডাক্তর ! চো - চো পুরো মোংফমদা।'

খঙকা কাহৎখি মায়থোঙদু। ডাক্তরখানাদি অনাবা ফহনবী হায়না তায় — তাইওন্নরে। ইখূৎসিদা শিদা হীদাককাইদু লৈরন্নবদি ইমাইমণিনা ইতম্বাক্তা ঙালগদবনি। ব্রাখলতা মঙায়রে। মঞ্জুনবা নীংথা খরা-খিৎ হাইদোক্লগা নুমিৎ থাগুন্নবা মচা অদুবু মুন্না য়েংলগা . . . ঙমজরিবা হায়ববু মীৎলুদগী শীম্বরকইবা লাইজনা নব্রাগী মায়থোঙ চামদুনা য়াইকাইনবা লাক্লবনি।

মখোঙ তপ্পা তপ্পা থাংদোক্লক্লে . . .।

অসিনি নুংঙাই য়াইফবশিংনা শিগনি মকাওরিবা, লাইরা চুদৎনবশিংনা মোংফম তান্না চৎলিবা।

খোঙলৈ থুম্রে . . .।

পদৎ পদৎ তৌরিবা লেপত্রবা ব্রাকচিংগী নোংসিনা লব্রাইদা ওল্লিবা ব্রামৈবু মৃৎহনবা ঙমখিগদ্রা ?

১২ / ৮ / ৯৫ ইং।

# চেকহীং পুবী থাজমচা

তনৌ তনৌরি, মমান-মমান্নবীশিংদি নাওথী শানা কেরি। পাৎশোই লাংজিংগী অচৌবা চেক্কোন অমদা মনে-মন্দোন কয়াগী মতুং ইন্দুনা অহাঙবা মতমদা থাজমচানা মকোক্তা চেকহীং পুরি, অশেংবা চেক ওম্থোক্লবা মফমদা। নহালরাইদি থাজরমদে লৈবাক্লা চেক শাই হায়বা।

মাগীদি মঙা মঙাগী খুজিংনি। মথক্কী অহলশিংদি তরাদগী তরানিথোই, মকোক্তা উপাক মচা'মা ফৈরগা মদুগী মথক্তা মশা মশানা চেকহীংশিং হাপকৎনৈ। পংলুমসু লুমদবা পংয়াংসু য়াংদবা চাংদা অমদা, ফরক তাদবা য়েংলগা থাজমচানা পুজে। খোঙচৎ মশিং চীনফা পুরম্বনি, সুম চৎশিল্লকঅদি কাওথোকস্ত্রে। তৌবৈবুদি হোরেল খঙদৌবা লৈরে। চেকহীং পান্নবা মোহোরিনা পিকক্র পীকপা তোকন মচা অমমম পীরিবনি। অমা মাঙবদা চেক মঙানি। জিয়াও জিয়াও খোঞ্জেল খোরকই, থাজমচাগী পাঙ্গলসু হাপকৎলি। লীশিং অমা পুবা ঙল্লবদি লুপা নিফুমঙা শোয়দ্রে। মাগীদি কুননিথোই মখায় ফংনবা হোৎনৈ।

পৈশা অহানবা ফংজবদা কয়াদা হরাওই, হুমাং মমলনা ফংজবনিনা মমাদসু উৎলি, মপাদসু উৎলি, খ্বায় ময়ামদসু উৎলি। ঙসিদগী হৌনা মরন্নাই তুংশিঞ্জরে। পরিক্ষা হায়দোক্লবনি। মানা ফার্ষ্ট অদুম তাই। মথং তারিক হৌবদা

স্কুল কারুনি। লাইরিক অহনবা ঙাক্তা লৈগনি। ড্রেস অমসু তৃগনি। মীঙোন্দগী অমল-অকায় থি-থিদুনা লাইরিক তম্বা, হন্দক্তি মদু তৌররোই।

ৱাকচিংগী ইংলবা অমম্বা লৈচিলনা কুপ্লিঙৈদগী চেক্কোন্দা লাক্লগা হান্নদগী খরদং হেন্নবা চেনচৎ চৎলি। মনে শ্যামানদি চৈ, 'তপ্না তপ্না চৎলুনে নুমিৎ থা হূইনা চারোয়নে।'

থাজমচাগী কাফৈ কাফৈ চেনবোই চৎপোই তৌবসি য়েংবদা ফনা নুংঙাই। নীংথমথা ওইরবসু থবক্লিনা হুমাং অদুম ঙাল্লি। হুমাং ঙানবতা নত্তনা ইফুল ৱাইফুল তোৎনরবা হুমাং মরিক্লা অঙৌবা খাজায় কুচু ওল্লি। ফংলকপা পৈশা পূম্নমক শেনফুদা থাদে। কয়া শুরবনো হায়বদি খঙদে। চামদি নহালনা হেনগ্রে। হৌখিবা তারিক নুমিৎপুদি খঙঙি। চেঙ, থাও-থুম লৈতেদা তাবদা মশাদা শ্বায় শ্বায় লাওই। পাই অমত্তা কায়থোকহন্নীংদে। মহাক্কী চেকশিনবা মচেকশিনসিদা মমানা হায়বা ঙমদে। তৌজসনু মহৈ তম্বদা মনীং থুংহনবা ঙমদে। চে, কলম, লাইরিক শুনা লৈখিদে। কয়াম কুইনবু শুগবনো হায়না মখন্দোকই।

নীংথমগী মরক মরক্তা শিৎলকপা মঙাউ থীবা মালংনা খা-রাই খঙদে। ঙসিদি থাজমচা মঙম ইশান শাল্লু য়াদ্রে। হৈনীং হৈনীংদনা মখোঙ থাংলি।

— থাজমচা থাংঙুনে নহা মান্দেদকো . . .।

মনেনা থৌনা হাপ্লকই। ঙরাংদা ঈয়াং য়াংনা পুজরম্বা ঙসিদি চীংঙা অমা নম্বরকপগা পাংখক্লে। মমায় য়ং য়ং লাওই। অতৈদি মহৈ মহৈ মাগী মাগী মশিং তানবদা মখোঙ লৈবাক তানাদে। মঙোন্দগী পংহেন্দা হেনগৎখি। 'থাজমচা, থাজমচা' হায়রগা চৎখৎখি। মাসু খঙঙি য়াম্না পুনিংঙি, হিসাব শোয়হন্নীংদে। মাবু ফনা নুংশিদুনসু কনানসু পুবীগে হায়রোই। মশা চোকথরে পুরিবা মসিমত্তংদি মখল্লি। মখা চীক্লা চেক ইকফমগী ঙন্নবা উগী শিড়িদা কৃমথরগা মপৈ শাগৎলিবা নীপাদা শিন্নরন্নগা মী হাংতক তৌবা চেক ওল্লবা মপৈ অমগী মখোঙদা ঙেক ফমথৈ। কয়াদা নুংঙাইখিবা শদৌ থোংলবা মশাদো। শ্বর চনীং তানা হৌম্বে। চেকইীং পুবী পুবা পরেং পরেং কাতু-কারল চৎপা উরগা নীংঙমদে। মাদি ঙসি শেল শুনা ফংলরোই। ফমথবনা মহাক্কী অৱাবা কোকপা নত্তে। মমায় মমীৎ ইশু-শুগৎ চেক মপৈগী ফক্লাংদা তপ্না ঙাথরে। তারমদাই কোরৌগী ৱাওরি ৱাওরি শাবা মৈশাবু থৎলগা উনগী নুংশিৎ

## চেকছীং পুৱী থাজমচা




শিংপা অঙাউবা মাললংনা থাজমচাগী মশা পূম্বা পুমনমক মীংপ্রমশিং চিকপা হৌরকই। করিনুংগীনো হায়বদু য়ৌরে।

— থাজমচা ! পোথাও-পোথাও, ইমৌসিদি। হয়েং ওস্তা লাক্লগা লোইরে।

মনেগী ৱাহৈ নাকোং অমদা চঙখ্রগা অমদা ফাওদোকখি। অশুক শুনীং চৎনীংবা মানা চেকছীংশিংবু উরগা হু তরেৎ খারে। পৈশা ওনগদবা য়াইওইবা পাইতু মচা মতম্বাক্তা থম্মী। মসিদগী নোংদোলদা উইরুম্বা মমীৎনা য়েংখৎলি। অঙৌবা লৈচিল পাফল মচানা মথক লান্দুনা চৎখি। 'মহাকসিবু কদায়দগী খোঙহৌরক্তুনা লমদম কৈদা চৎলিবা ?' ৱাৱক্লবা মতমগী ৱাহংনি। ময়ূম মরানয়াইদো অশুক্কী মতীক তামখ্রবোই নীংঙি। নুংশি, অশুক্কী মতীক য়ূমদো। য়ূমদগী হেনবা, থৱায় মঙাদগী হেনবা লৈতে।

য়ূমদুবু য়ৌবা ঙমখিদ্রা খল্লি। কনাগুম্বনা থীনবীরবদি ঙম্বসু য়াই। মনেহোয়সু ছুটি থাদ্রি। ফরক্তা থীনবীয়ু হায়বা ঙম্লোই। কোক-লুনা লূম্মীবা। ফি ময়োমদু উচিন নাচিন থমফমদগী লৌথোকউরগা ইল্লি। শাহুম কনবা মাংলনা ফিজি-ফিনা হুমদোকপা লাক্লরকই। ফম্না ফম্না নোংচুপ হাইরপ চায়থরকপদা ঙৌরি ঙৌরি নীনি পানবৈ থাজনা অতিয়াদা তূমিন লোৎলম্ববু উরুই। মহাক্তি থানিল থাজবু তমজরকপা মথোৎ কারক্লিবনি। হয়েং নোংমা নোংপোক মায়কৈ পাংবদা অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা খীং-খীং খোঙগারকপা তাইবঙ পূক্লিং হু-ননি। থাজমচানা মল্লবা খাংপোক্তা অদুঙৈ মু-নমক্তবু য়েংলগা নুংশিবা ৱারী অমা ইগে খনখি। নোংমা শোয়দনা ইনি। অদুবু নুং-পান ওল্লে। তরেৎ শেঞ্জা পামলক্ত্রে। শমু হকচাংনা ঙল্লক্ত্রবদা কনাগী লন-থুম মমল নায়দ্রবা মণি মুক্তা পামলুগনি !

— থাজমচা ! কৈদৌরগেনেহে ফিজাওদুগা ?

শোল্লি পাল্লি মমীৎ অমুক্তং পাংলগা চেজেৎ উইশিনখি।

— ঙমদ্রবো নঙবো ?

মহাক্তি তরং লাইজ ঈহৌরে।

— ঙশায়না হায়বা য়াদ্রো অঙাউবীসিদে। হৌগৎলো ইনে থীনবীগে। মতম চাদনা মনে শ্যামাগা লোয়নরকপা মমানা পাখৎলি। মনাক

য়ৌশিল্লকপদা তঙক্লা য়েংলগা মপি ঈরা চেল্লক্নে। মমা পাখৎনা হংঙি, 'কৈদৌরে . . . . ?'

মনেনা খুল্লকই, 'মশা ঙমদ্রে, ঙাইহাক্তা পোখাহল্লু।'

অহীংদদি থাজমচা মওঙ'মা তৌখ্রে, গাড়ী ৱায়দুনা ডাক্তরদা পুখৎলি। অহানবদদি করিসু তৌরোইদবা মানবনি। ফনা কুইনা ডাক্তরদা লৈরে। শেল থুম য়াম্না তিংবদগী মানা তুঙশিঞ্জবসু লোয়খ্রে। লাইরিক অহনবা লৈররোই। নীংবা থুংনি থাজদ্রে। মহাক্তি খঙদ্রি। লৈবা লৈতবা মেত্রিক ফাওবদি থাদোক্কে খনখি। কুইদ্রে হন্দক্কীসি থারগা চহী অহুমতা মঙায়রে। ঙসিদি অনাবা ফদোরক্কুম তৌই। মনেগা মমান্নবী গীতাগা অনাবা হংবা লাকই।

হোস্পিটলগী ফমুংদা থাজমচানা লৈরম্বা নুংঙাইতে। মনাক্তা ফল্লগা, 'ইমৌদি ফরেদনা, পুংফ ফবা ওইরো। মথংদদি চেক্কোন্দা চৎলনু।'

মহাক্তি তূমিন তায়। গীতাসু মনাক্তা চঙশিল্লগা, 'থাজ! নঙ ফরো। স্কুল কারে। নঙ য়াওদবা নুংঙাইতে। ওজা হেড মাষ্টরনা মিংচল শেল কোকপীনি হায়, কবিমত্তা ৱারুনু।'

গীতাগী পাউখুম পীনীংবনি। থাজ, থাজদুঙায় লোম্বোক্কবী অতিয়াগী। মহাক্কী অমুবা মায়হিং নত্তে পিরাংনা থনবা মায়থোঙনি। মমাসু তূমিন তূমিন ফিজিনা মীৎলুবু তৈথোকই। গীতা, মনো পিরোৎনবম্বা খাঙবা ঙমদে। পাৎশোই লাংজিংগী চেক্কোন্দা থাজমচানা অৱাবা কাওবমখৈ নোমহৌননা চেকহীং লুথোংনবা, মোমোনসু তৌবদো মনেনা শং শং উই।

খঙহৌদনা খোঞ্জেল তায়, 'লাইরিক লৈরব্রা ?' মমাদি চপ য়ুংখ্রে। মনেনা তনহায় হায়বকই, 'লৈরে লৈরে নুংশা কবিমত্তা থীরুনু।'

মহাক্কী নোকফেৎ তৌই। উইশিনখিবা মমীৎ শুকপাঙ পাঙদে। ৱাদুনা তূল্লমাল্লে —

থাজমচানা উরে হেকমায় কারবা তরুবী থাজনা নোংপোক থংবা অতিয়াদা ফিঙৌ শেত্তুনা তরাম্না কৌরকপদু, ঙসিদি মাগী ৱারী ইদবা য়াদ্রে। ইমুঙদা চেনশিনখ্রগা চেকহীং পুবগী ফংলকপা পৈশানা লৈজবা অঙৌবা ফীজোল হোংদোকউরে। থাবলনা ঈপোম হৌরগা শুমাং ময়ায়দা থোক্লগা থাজদা মীৎতা তৌদুনা সিবু ফজব্রা কেণ্ডুম-কেরগা লোৎনা পাউহংঙি। বোয় কলম পায়দুনা করম্না শৈহৌসিগে খল্লি। নোংমা অঙনবা নুমিদাংদা নোংচুপ

চীংদোলগী মতোন ওইরপ্পা নীনি পানবা থাজনা অমুবা অতিয়াদা ঙাহ্লোইরম্বদু পূক্লিং হুনা ফজখি তরক তরক . . . ।

মহাক্না খল্লি থাজগী অরোন অথূপ ওইবা নুংশি ৱারী কয়া লৈ হায়বদু হংলুরগে হায়না। অতিয়াদা পাইরিবা লৈচিলবু কৌদুনা তোংখৎলি। নোংদোল তম্না পাইখৎলে। চেবাংথক্তা ই ইদুনা মালেমদা থাজগী মপাউ থাদরকই। মালেম পূম্বনা থাগৎনরকই, ‘থাজমচা ! নুংশি নুংশিবা ৱারী ইদুনা থাদরকউ।’ অদুবু মাদি লৈচিলগী দোলাই তোংলগা অদুম চৎখ্রে।

১৫ / ২ / ৯৭ ইং /

# থাজগী মঙালসিদসু

সরকারগী থবক অমা তৌরগা নুংঙাইগদৌরিনি হায়দুনা শিন্‌ফমগা চানবা গাড়ী থৌবদু হেক তৌশিল্লুই থম্বাল। পার্মনন্ট তাবদি নত্তে। চঙবু চঙখ্রবদি মরাইনা তাজনি খন্দুনা তৌশিনখিবনি। শুপ্পগী লুপা চানিপাল খকসিনা কৈদৌনি, তাঙলিবা পোৎ মতাঙসিদা। অচৌবনা চানবীনবা ফনা হোৎনৈ, য়ূমদা মীকুপ'মতা লৈবা ফংদে। নোংমাইজিং ছুটি লৈতে।

নোংঙালবগা ওফিস কাবা, নুমিদাং হঞ্জিনবা, অঙকপা ওফিসনি। নুংতিগী তৌদা য়াদবা থবক কয়া রুটিন নাইনা লৈ। নোংঙালদ্রিঙৈ নুপীনা চাক্লেন লোয়গনি। পুং তরুক্কী মমাঙদা সাহেবকীদা য়ৌগনি। মসিদগী মচা টিয়ুসন থিন্দোক থিঞ্জন – ফৌ তকপা, গ্যেস লৌবা করিগুম্বদা ঈশিং শোক্লম্মু, নালা শেংঙু, টোটিদা তোলু পাল্লগা অব্রাংবদা ঈশিং থাগৎপা – পোৎ অমা ৱাৎপগী থম্বাল তৎনবা য়াদে।

মাগীসি উতোং অহোবগী থবক্কি। লেপ্পা নাইদবা ঈচেলগুম অমদি কাংখোঙগুম্না ঙাইহাক লৈতনা উংবগুম্বনি। মশাগী ওইজ ওইথক শুকফং ফংদবা। ওফিস য়ৌরে কোলিং বেলদা ক্রিং . . .। পিওন্না তৌগদবা থবক মানা নত্রবদি থাজদে। পিওন্দু মিহুন কাংলোনগী মশিং হেনগৎলি, থম্বালনা শুপচিনখিবদা। মাগী কৃষ্মেদা সাহেবনা পংনুংদা নুংঙাইরম্বা য়াই। তলবকী ৱাদি থা নিপাল শুরে ফংদ্রিবা। করি চাদনবু হিংবনো খঙদে। সাহেবনা পৈশা

কোরবেক কোরবেক হেকখ্রবসু পঙচিন্দা চীনবা শাই। ময়ূম-মকৈনা থাদা লামদৌরে।

অচৌবগী পাখোন্দা নত্তনা বাবুনীগীসু কিউদা লৈ। মখোয়গী মরী মতা সেবোৎ মাইরেল থম্বাল শিংশিংনা খঙদবা লৈতে। হয়েং নত্রগা হংচিং ছুটি লৈরে কোমজরনি খল্লুবা অচীনবা অমা হেক্তা লাকই। মচা নুংশিবদু লক্লদুনা পম্বা ফংজদে। করিগুম্বা লৈবাক্কী বন্দ তৌরে মাগীদি য়াওদে, খূদোং থীবা থীদবগী ব্রা খঙদে।

হয়েংদি ঙন্তা লাকউ হায়। করম্বা খূঙননো জ্ঞান তাবা ব্রাৎলি। নুপীনা মঙ্গল আরটিদগী থোংবা চাক নংদে। নুংতিগী য়াহৌবগা লাকপা সাহেবনা চার-থক্লব্রা হংবীজাৎ নত্তে। মহৌশাগুম গাড়ী তৈথোক নাম্বোক ধুপ থাদুনা ষ্টার্ট তৌদুনা য়েংঙি, হেক কাখৎপগা থৌবা য়ানবা। ফনদি কুইরে। মচানুপী অবেমদা পাউ থাজিনখি। পুং নিপাল তারগা থোরকই হংঙি, ‘কয়াম কুইরে ?’

— সার ! লাকপদা মঙায়রি।

শাউদবা মানবা পাউখুম্নি। খুমগে য়াওনা খুম্বনি। সাহেব ইমুঙদা অমুক চঙখি। বাবুনী থোরকঅগা মপামদা থায়। অঙনবা হায়বদো সি ওইরমাল্লে। মপাম য়ৌরগা মমানা কনামতা লৈতে, বাজারদা অমুক থায়।

কাংদ্রুম ওল্লবা থম্বাল ফনা থেঙদোকখ্রে। য়ৌরকপগা শাউনা, ‘কদায় চৎলুই ?’

— সার ! ইঁতৈমগী থবক চৎলুবনি।

— করি ! মদুনা লুব্রা, কয়াম কুইরে ঐনা ঙাইরিসে ভুট।

থম্বালগী মীহুন দং দং হুল্লকই। মতম অমদদি কনানসু ব্রাহে লাকচবা য়াবা নত্তে, মীবু ইকাইবা পীবা ঙম্বা মীশক্লি। মসিদা লৈবদগী পুংপঙ পংশিনখ্রে। সরকারগী তলবনা নুপীগী সনা তেকথবমখৈ শাবিগনি হায়খিবা মথন্তা ইকাইরকই। শেলনা খ্বাঙ কোয়রে। মীগীনা তলব মথং মথং হাপকৎলক্লি। মাগীনা হৈক্রু মনা। ক্বাক খোংদ্রিঙৈদগী ঙাইরকপা কনানসু উবীদে।

ঙসিদি মশা নুংঙাইতে হায়দুনা থেঙদোকখ্রে। মচা অনীমক শাগৎহৌই। ঙম ঙমদবা চৎতবদি য়াদে। নুপীনা তলবকী ব্রা পলহৌই। সাহেবতগী খরদা ওইরবসু লৌরকউ ফংঙগা ককহৌনবা। পুফমসু লৈতে, নুপীনা হায়রিবা পূম্বা

খঙদবা নত্তে। ৱা মাঙলগা তোক্কনি। গাড়ীদগী থাউ খায়দোক্কদৌসু মঙোন্দগী কোক হেনবা অঙ্ক লৌরকপা সাহেবনিনা ফল তাগদবা মান্দে। অদুবু শত্রংগী পো কাংলোন শীজিন্নদুনা মরীক অমত্তা ওইরবসু লৌদবা য়াদে। মান কোকথোং'মা হূবদি য়াই। মথা শাবদগী হেন্দোক্লা মৈ ফাওবা হৌরে হায়ব য়াই।

থোঙ্গালদা মঙক থাংগৎলন্মী। খৌজেংদা মিহুন হুনবদুনা, 'কৈদৌ লৈরুই। শিবু ঙল্লিব্রো?'

— সার! হকচাংসি . . . ঙমদবা।

— হা! ঙমদ্রবদি করিগী লাকইবা?

ওনখত্তুনা খুম্লকই।

— ছুটি লৌনিংলবনি, অঙাংসু নাহৌই।

— অঙাং নাবা তম্মু হায়ব্রো, ছুটি য়ারোই।

থম্বাল তূমিন লৈ। মহৌশাদি নুপীনা অচুম্বা খিত্তং হায়জবদা চৈহত্তুন লাকথুবী। ঙসি মানা অচুম্বা ঙাংবদা সাহেবনা লমন খুম্মী।

কদায়দৈনো ইশুক শুকথরম্বদগী শাউরপ্লা, 'সার! হকচাং ঙমদে হায়জবনি। অঙাং নাবদু ঐগী ইচানিনে।'

— তানীংদেদা থম্বাল! ঐ য়েংউ হায়ব্রো? হীদাক লৈরগা পীজৌ নাব ফবনে।

— সার! তলবতু অমুক্তদি খল্বীয়ু থা কয়া শুরবগে?

— মখায় লুপা ফাওবা পায়দ্রবদি শিজখ্রোহে।

মহৌশাগী হায়নবী মিহুন অরাংবী লাকই, 'ঐ শিপ্রবদি সারগী থোঙ তেক্কনিনে। মালেমসিদা সারগী ড্রাইভরসি ঐ নত্তনা লৈরম্মোই . . .।'

ৱা ইকন কন্নরকপদা বাবুনী ঙশায়দগী তারম্বদগী ফৎ থোরকই, 'মোই তামোসু অঙাংসিগা হেক মান্নে। . . . ইবুংঙো ঈতৈমা পীগে পৈশাদো।'

বাবুনীগী লাইৱাদা ইতে তেথখি অনিমক। থম্বাল লৱাই শমদা নাম্বরগা গাড়ীদা ফমথখি। বাবুনী চঙঙুরগা চাম্মা চৎপী'মা নমদুনা পী। লৌজরোই হায়বনি। য়ূমদা তৌহৌরিদুগা লৌনিংদবা শারগা লৌশিল্লি। 'লৌশিল্লুনে নঙবো কোন্না অমুক হঞ্জিল্লকউ' হায়খিবা বাবুনীগী ৱাহৈদো নীংথমগী লিক্লা য়াওবগুম থম্বাল ইংথখি।

ঙসি থম্বালগী নুংশিনা তীন্নবা মরুপ অমগী লূহোংবনি। ছুটিনি। অয়ূক ঙাইহাক্তু থবক অমা চৎলুসি হায়না সাহেবকীদা লাকই। নোংমখক ছুটি ফংবদা

হরাওই। অদুবু মকুপ মতা তৌরিঁঙৈদা পুংদি তরা তাখিদৌরে। ওফিস ফাওদি থীল্লম্মু হায়না গাড়ী চিদেকপীসু হাপকৎলি।

য়ৌরগসু পাক হেক থাদোরক্তে। থবক মনম মনম হায়জীল্লকই। ফনা য়াঙনা হোৎনৈ। নুমিৎ মৈধান য়ৌগ্রে। চৎনিংবনা মখোঙ থাংগৎ লৈরবা মতমসিদমুক সাহেবনা থোরল্লগা হায়রকই, 'থম্বাল ! থৌবাল ফাওদং মীটিং চৎপা তারিএ।'

হন্দকমুক্তি থম্বাল খৃৎদাং থাংগত্তুনা, 'সার ! মতমসিবু . . . ?'

— ঐ খঙঙিনে, ফৎ লাক্কদবনি। নঙবু শঙ্গ কয়াম লৈরগে ঙসি নোংমখক লৃহোংবা লৈবদা নমৈ থাঙ্গত্তুনা চৎনিংঙিদুবো ?

উপায় লৈতে মকোক নান্দুনা খাঙঙি।

আ থৌবালদা ঙাইখৈ ঙাইরগা সাহেব ইরেম লেম্লা থোরকই। হায়রকই —

— থেঙথ্রবনিনা নুমিদাং ফৎ লাওনা য়ৌরুরোনে থম্বাল।

— হোয় ! মোরে য়ৌসি ডিম্নাপুব চৎসি ইযাদা য়াই।

— নঙ শাউরমাল্লে।

— শাউজদে সার ! সারগী ছুটি খৃপীসি থাগৎচবগী ব্রানি। থবক মতাসিগা হৈক্রু মনাগী তলবনগা বিন্ধা ওনবগা থম্বালগী লৈনা তেকপু তেকখৎলি।

— প্রমানবু য়াম্লা হৈরিনে। নঙ জজ ওইহৌদবসি পাম্মুইহে শৈত্য !

করেম্নবোই গাড়ী কাখৎলি সাহেব। থম্বাল শমজি খায়না থৌগৎলকই। মল্লি মল্লি তৌরে ওফিস্তা জিব অমত্তা লৈরমদ্রে। লৈরি হায়বু মপৃ নীংবা সাইকল চিদেকপীদা মঙাইরে। ব্রা-লান ঙাংদে সাইকল হাপকৎলি।

সাহেবকীদগী থোরকপদা লম্বীদা খল্লি — থবক তোকপা তোক্তবা, তলব মাঙবা মাঙদবা। মখল কয়াগী চাং অরাম অয়াং, খল্ল খল্লগা কোইজোম্বা ওক্লে। ইখঙ খঙহৌদনা থম্বাল খঙপ্রেক খংঙি 'বাঙ . . .' সাইকল থৌবা য়ারক্তে। কৃমথরগা য়েংঙি, 'চন্দানগী মচা নঙ কো ! লাক্তনা লংশেকখিবু।'

তপ্না তপ্না লাকই, লম্বী মথক্ত তাবা মমিবু উরগা মমায় নোনখৎলি। উরে, থাজগী হেকমায় কারক্লিবা মায়থোঙসে ! অমুক লৃকথগ্রে। থাজগী মঙালসিদসু থম্বালগী লৈনা তপ্না তপ্না খুইথরকই।

২১ / ৯ / ৯৭ ইং /

# ষ্টোন ক্রশর অমদি ইবেমহল

গদাক গদাক নুঙ চাবা হিংচাবসিনা নুংশাগী মৈশা মরক্তা শায়রি লাউ খোংনা। শিম্মী নুপীমক্তনি। মকোক মউ কুপশিল্লি। ওকই কৌবা লৈতবা হিংচাবগী মখয়াৎ অরাওবা তম্না লংশিল্লি। অৱাঙবা মখয়াৎ মপান্দনি, শক খঙবদা ৱারবী খ্বাংচেৎ লাক্লিবীসি ইবেমহলনি। মাদা নত্তে মচে মন্দোন মমান্নবী কয়াসুনি। পরেং লেংলগা মথং মথং নুঙশিং লান্নৈ। ফনা কন্না লংথবনি ৱারগতা তোকই। পোত্থাবসু হেক্তা যাদে, মতম নাইরিবনি। 'চন্দালসি ওহোক্লা লাওথ্রবা'ইদুনি' ইবেমহলগী শাউনিংবা নুমিৎসু লৈরি। কনাদা শাউনিংঙিবা শাউফম খঙদে। কোক হেক লংশিনবু, লংশিল্লি অদুম শায়। কনথ্রবা ময়ানি ওখাক কনবা। ইবেমহল অমদি খ্বায় ময়াম মানা থাকইবনি। মানা ঙমদ্রগা কমদৌবা মদুসু মম্মী। অয়ূক্কী পুং মাপল নংনবা থুংনরগনি, মমাঙ লৌবুকসি ফাওদুনা খাউ মচা অমদা অমনবা ফি হাপ্তুনা পুরক্কনি।

কালেনগী ওমচাক চাকপা মরকসিদা নুপা ফূরিৎ'মা লীৎশিল্লি। মকোক মউ য়োমশিনবমখে ক্রশরগী মখয়াৎ মনাক্তা হুমাং ঙাল্লি। পুংলূপ লূপ্পে। কালেনগী লৈবাক্লেগুম মথৌনা ফরি। লমহাংদনি, ইম্ফাল ডিমাপুরগী নোংচুপ থংবা নাকল ফৈদিঙ্গা অদুৱায়দা।

অমুবা থেক কোয়বা কোয়লাস মথক্তা ককচেং কোকচাউবীগুম চাউর চাউরবা টাটা, বসনা মরি মরি অকা অকুম পংচেন্দা চেল্লি। থওইরুদে। মখোয়

খূদিংগী অৱা নুংঙাই ৱারী কয়া কয়ানি। শুনিংদুনা শুবদি নত্তে, চৈনা য়েবনি। ইবেমহলগীসু ৱারী লৈ। মাগী মাগী ৱারী শিংবুনগা মরী লৈননা লাকপা ঙাক্লি। কন্না কন্না হুইহে, অচৌবা নুঙবু কুপশিপ কৃপ্পা শায়রগা নাকল অমদা ওথোকখি। কোকখুম্বীশিংনমুক মপৈ মপৈ চীংঙা মচা মচা শাগৎলি। অদুগা ইনাক কৈরাক খুনবশিংগী য়ুমদা য়ৌখি। মরায়বক ফখি। ফজবা ফুরা দলাল ওইখি। ইবেমহলগী তনৌরবী খজায়দগী তাখিবা হুমাংসু য়াওখি। নোংফাদোক ইবেমহলনা ইম্ফাল কাবদা হরাওখি। খঞ্জে, নুঙকুপ চেক্কুপ্পা ইতিহাসকী লৈমায়দা মিংচৎ উরোং ওইহৌদৌরি। ইবেমহলগীনা অসুম হীকথরক্লি। কনানা খঙবা মহাক্কীসু মতম লৈরি, খুবাক খুৎনম্লি।

পুং তরানিথোই তাফাক্লিঙৈদা ক্রশরগী মোহোরি পাখঙনা হৌনা টেপ রেকোর্দর থাগৎলকই। ঙাইহাক পোত্থাবদা নুংশাগী মৈশা তাম্লোকখিনবনি। হিংচাবগী চরম মেত্তুনা তূমিন লৈখ্রে। মহে মহে কোকয়েৎ ফিয়েৎ লৌথোক্তুনা ক্বাটরদা উরুম লাংবা চঙনরকই। মানা মানা পামজবা মওঙদা তুবা য়াও ঙাব য়াও তৌই। ইবেমহল কোকয়েৎনা হুমাই ওইদুনা ঈশৈগী রস চুপ্লি। হিন্দিনি, অর্থদি খঙদে রস লৌবদি হৈ। মাদা নত্তে অতৈসুনি। হিন্দিগী মহাও য়াওদ্রবা কান্দা মৈতৈলোন দিমান্দ তৌই। অপাম্বদা পাঙথোকপা মোহোরিনি থাগৎলকই, 'মপোক লাংওন খূদিংদা . . .।'

ইবেমহলগী থম্মোইদা থুক লাউখি। অহাংবা লৌবুক্কী মালংনা ওমচাক্লববু ইংহনবদগী হেন্দোক্লা অদুঙৈগী ৱারী কয়া মথি ফোংবা হৌরকই। মহৌশাগী ঈঙ্গিৎনা হরাও নুংঙাইবা অমদি শাউবীং শাউবীং লাওবা থৌদোক কয়া পীরকই। মপোক লাংওনসিনা নীংখায়রবা থম্মোইগী মচেৎ কয়া অমুক শাগৎপা ঙমগনি থাজদ্রে। মহাক্কী পুন্সিসি অকায় অতোয়মক্তা ঙায়রবা নুঙ্গায়দুগা পাংখক ওইরে। মীগী থম্মোইবু কায়হনবা নত্রগা শুমহৎপা ঈশৈগী শুরনা থৌনা লৈনা চোংথোরকই।

অসুম্মনি। পুং মরিমখায় তারে হিংচাবা তূমিন কূনখ্রে। ময়াম পূম্নমক নাকলদা চেল্লিবা খোং মরিল অমদা মখোঙ মখূৎ হামদোকই। ইবেমহল ফি হোংদোকপগা লোয়দ্রি। খাউ মনুংদগী শমচেৎ, মিংশেল, পাউদর, লিপষ্টিক্লচিংবা মখল শুনা পুথোরকই। কোজমেটিক্সকী মায় চন্দবা কোয়রক কোয়বা কাঙ্গোয় মচাগী পাউদরগা মিংশেলগা পূনবদু থাঙ্গৎলি। অমোনবা

পফ্না পাউদরদা গিৎ গিৎ নল্লগা মমায়দা শৎ শৎ নালশীল্লি। লিপষ্টিক্স শ: চিংঙি। পীশুমদা, মীৎপান্দা পেনশিন মানবনা জৎ জৎ খোৎচিল্লি। মা: ঙশায়দগী তৃমিন য়েংজরম্বা মোহোরি পাখঙনা তৃম্বক তৃম্বক হায়রকই, 'ইতৈম ইবেমহলসি কেথোরক্লদি ফজেনে, লৈশারিংঙৈদা মী ঙাউনরমগনিবু।'

মদু তাবদা মীয়ায় চনবী নুপী অমনা ময়াম মরক্তগী, 'নঙদি পাখঙ ওইব থেঙহৌইদো ইবুংঙো! অদুবু ময়েংশিল্লু। . . . নত্রদো ইবেমহল।'

ময়াম ৰা নোকই। ইবেমহলদি য়াওদে। মোমোনরগা মিংশেলদা মা: শেম্মী। মোহোরি ইকাইরি। ময়াম লাংনরিংঙৈ তাঞ্জা লৌদুনা ইবেমহলস: মিংশেল ৰাংমা লান্না মোহোরিদা মরৌ লৈবা মীৎচিনা খোয়দারুই। মোহোরিস: তথক তথকই। ইবেমহলবু অততায় ওইনা থাগৎলকপা, হোয় মহৌশাগ হায়রুরবদি মনুংশি। লৈমল চল্লে মাদি। অদুম ওইরবসু ময়েক মাঙদ্রি কল্লকপগী ঈথক ঈপোম হৌরি। ফিবম্না মফমসিদা য়ৌরকখিবনি। করিসু তৌনিংপোনত্তে পাম্মী নুংঙাইবা —।

হাপ্তা ফারে, তলব লুপা চনিমরিফূনি। য়াঙ্খ্রে'মা তোঙান্না চেজেৎ লুমান্দা কিশিল্লে, তুঙশিন্নবনি। য়াঙ্খ্রে কয়ারক তুঙশিল্লগা সনা শাদৌরি। মনাদা অশেংবা নপ্পা ফংদ্রে। মনানা হৈমাং শাবগুম্বনি রাশি হাপ্লিবা ইবেমহলগীসি। কনানসু লৌখিদৌবা লৈতে, মনীংনি। উইলনি, উইল য়াওদনা পাঙথোকপা ঙমদে। লৌবুক ময়ায় শমদুনা লৌরিগী মথেক মথেকপা লম্বীদা মখুঙ্গং তান্না ৰাখলগী নোংলৈগা লোয়ননা লাকই। মচা নুপী'মা নুপা'মা ঈংলিস স্কুলদা থায়। চাউরগা মহৈ চানবা। আশানি, আশাদা তাওবা মীওইবনি। নুমিদাংৱাইরমগী কোরি মচু শঙলবা অতিয়াগী মশক্লি। লিরিবা মালংনা কোয়চেন চেনবা মতম্নি।

— হায়! ইবেমহল কৈদৌরগে আ তান্না শোথহৌরিদুবো?

মাঙদগী লাউরকখি। প্রপ প্রপ চৎখৎখি।

মোহোরি পাখঙনা লৈরাংগী লৈনম ফাওরিবা লৈগী লৈহি মাঙদ্রিবা ইবেমহলবু য়েংবা খক তোক্তে। খঙঙি মাসু। নোংমা থক্লবা ঈশিং শোকপা চৎপদা খোং তম্না বালটিন পায়রগা ইন্নরকখি। খোংগী তৎলি তৎলি চেনবা ঈচেলদা মমায় মমীৎ হাইফেৎ থাদোক্লিংঙৈ, 'ইতৈমগী পৃন্দুনা ওকওই হায়দুনা লাকইনি . . .।'

নোকফেৎ তৌরগা লৈবাক্কী পূনবু মঙক পায়রগা লুতক তৌবা ঈশিংদা নমশিনখি ইবেমহল। লোয়ননা ফাগি ওইনা কৌখিবা শিনফমগী ওইবা মিং পল্লগা, 'মোহোরি! নঙ হয়েং য়ুকা থকঅগা নুপী ফ্নুকো, ঐদি য়ারোইদৌনি।'

— ইতৈমা! শুংফূ ফৃরোই লুনা তৌবীনি . . .।

অচিকপা তাঙ্গাদদি মরোল মরি শুনা থোক্লরকই। নহাল মখৈদি য়েংনরগতা তোকপনি।

— মোল্লি মোল্লি ফৃদৌবা মাল্লিবু।

— শৈত্য! লৈবু লৈত্রিনে। অমত্তা য়েংবীরকউ ইতৈমদৌনা ফজবা।

— ঐ ওইনা কোক লৈথোক্লগা লোয়রেদনা —।

পুলপ্পা নোকমীন্নে। করি খল্লবনো ইবেমহল মকোক্তা পূন থোংগৎলগা কাখি। মোহোরি তুং ইন্নখি।

নোংমা জিপ অমা থৌজিল্লকই। কোট লীৎপা নীপা অনীখক কূমথরগা মোহোরিদা ইবেমহল হংঙি। মোহোরিনা চরাংনবা ক্রশরগী মনাক তান্না চৎখ্রগা ইবেমহলদা ঈঙ্গিৎনা খঙহল্লি। ইবেমহল মমায় লৈথোকউরগা অমুক হঞ্জিনখি। মাগী থৌশাদবা মতৌদা নীপা অনীদু চঙশিল্লগা মাবু লাকপা ঙাইরি। নুপী ময়াম মথং মথং নুঙ লান্নবা লেপ্লি। ময়াম্না খূৎ থারবনিনা ইবেমহলসু লেপখ্রে মোহোরি ঈঞ্জিন মূখৎলে। উন ব্রাইমুক চিকই। ইবেমহলদি নুঙনা হক্তুনা শাবা মুর্ত্তিগুম অৱাংবদা লেপ্লি। ময়াম্না কূমথরকউ হায়বনি মনানা তাবিদে।

নীপা অমনা খোল্লে খোলদা নুংশিবা মওঙদা হায়রকই, 'ইবেমহল! চৎনবা তৌসি থেঙখিনি। অঙাংশিংদো নঙ য়াওদ্রবদি য়াহৌদে।'

খঙশাউ শাউরকই, করিমত্তা খুন্নরোই খল্লস্বনি, 'অঙাংকা পুবা য়ারোই। কৈদৌবা লাকইনো, চৎসি হায়রগা হেক্তা চৎকদরো। ঐসু মীনি, ইকাই খঙদবা তৌনু, চগৎ চগৎ।'

চিকপা হেল্লকখি, নীপাদো মরালদি লৈরমাল্লে। চীঙ্কক্তা খুম্বা ঙমদে।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মীয়ায় চনবী অমনা থেমজিল্লকই, 'শাউনু ইবেমহল। ইবুংঙোনা হায়রিবসি চুম্মী। নঙ নুপীনি অঙাং মাঙনি। কায়নবা য়ারোই।'

মহাক পেন্দবা কয়া মথি ফোংবা হৌরকই। মপি ঈরা চেল্লগা, 'শুকঙম হেক ঙম্মোই। নিশা চা-থকঅগা ঙম্মী মতাগুম অদুক ওৎপা . . .। হিংচাবসিগা লৈমিন্নগদৌ শরুক শিজখিগে।'

— হায়হেদেন নঙবো। মসিবু ঙাউরব্রা কৈনো ?

মীয়ায় চনবী নুপীদুগী হাহৈনি।

ইবেমহল মীৎলুদগী পিরাং মরিক খরা থাদবা হৌরকই। শিগ্রে হায়ন খল্লবা মীশক অমুক নৌহৌনা মনাক্তা লেপ্লরবা শাউনিংবা অমদি নীংঙমদব অনী পূন্না থোক্লম্মী। মহাকথক্কীদমক্তা অব্রা চৈথেং কয়া নংদুনা হৈন তুংইঞ্জরুবনি। নুংশি নুংশি নুংশিদবা শানা মব্রাশক্কী থাদোকখিবা তাব্রা ? অশুম খল্লুরগা নুঙগুম্না কনবা হৌরকই।

মশা হুমাং অনপ্পী কানা লৈয়েং ফাইনা, 'মোহোরি লাকও ! ঈঞ্জি ঙংলরো, থবক শিৎনবনি। ওইদা পাদবসিগী ব্রা নাদা হাপ্লুনু। কদায় ইচেম্মা সনাতোম্বী লানখৎলকও।'

— ইবেমহল . . .।

মীরক্তগী চৈরকই।

— ঐ ঙম্মোই। চৎপা শুকঙম ঙম্মোই। জুগোৎ ব্রায়োং চাদবা নীপাসিং মালেমগী কদায়দা লৈরমগদগে ? নখোয়নদি খঙদ্রিবা। মী নত্তে শানি শা।

— চীম্বীবী ! নচীন নরৈদু কেনগনিনে। অদুবু ব্রানেনা ঙাংবা হৌনব্রা ? ইবুংঙো অমসু য়াওরি মমায় খিত্তসু য়েংউ।

খ্বায়গী অহল ওইবী নুপী অমনা চৈহৎলি।

—ঐদিনে ঙম্মরোই হায়রদি ঙম্মরোই।

ক্রিং ক্রিং হেক চোংঙি। কায়নথংদা লাকমিন্নবা নীপাদুনা, 'শাউগন ইবেমহল। মহাক জ্ঞান তারবনি। মরমদুনা ঐ য়াওরকইবসিনি। লম পঙহেন হেনবা য়ারোই। ঐখোয় খ্বায় ময়াম লৈরি।'

খোঞ্জেল নৌরপ তৌনা, 'তাদহোয়দি মীনা সন-মান তৌবা মীশক্তি . . .।' ব্রা লোয়শিনখিদ্রে।

— ইমা নাবা ফনা কুইরে। নঙবু উনিংই হায়হৌই। ঐসে মান থারকপনি। মহাক পেন্দ্রে . . .।

শন্নপ্পা ব্রাহৈনা খঙহল্লি। হীকথরক্লে থম্মোই। তয়াঙ তশোয়রে। মণি ঈরা অমুক চেল্লক্লে, চদুম চদুম তারকএ। মনেম্না লুনা খনখি। মণি অমা লাকএ চাউথোকচখি। মাসু নুংশি।

মোহোরি নুংঙাইতে। উগদৌবা মান্দ্রে, পেন্না য়েংজৈ। অমনা খরা থেমজিল্লকই অমনা খরা হায়জিল্লক মহাক্কী মীচঙ লৈতে। চৎপদা মতারে। অনৌবা মপোক অমা পোক্লে।

মোহোরিনা চৎলমদাইদা অশুমল চনীনিফূ থোকপনি ফরক তাবা তরাগা য়াঙ্খ্রে পী। মখূৎ পাক লাম্বোরক্তে, নীংঙমদে চৎচনিংদবনি। চিংনা অমুক্তং য়েংনৈ। মোহোরি পাখঙ হিংচাবগী মনাক্তা চৎখি। ইবেমহল জিপ মনুং চঙনবা হোৎনরি। হিংচাবা লাউ খোংবা হৌখ্রে লান্নবা মবূক তেংথাদুনা। খঙহৌদে ইবেমহল চৎখি। অমুক লাক্কনি খঙদে। মসিবু তৎলবা লংলা শল্লিব্রা, নীংঙমহৌদে হায়দৌরিব্রা ? ক্রুশরগী মখয়াৎ মনাক্তা মোহোরিনা মহুৎ শীন্দুনা তপ্পা তপ্পা নুঙ লংথৈ হায়রেগী অমুবা লন্নী মথক্তা খোঙজেন য়াংনা চৎখিবা য়েংহৌরদুনা।

১২ / ২ / ৯৮ ইং।

# দ্রুবী

দ্রুবীদু ঙশায়মখৈ কদায় লৈরুবনো খঙদে, তোম্ববু লাক্লবদি হেক্তা চেম্বোরকই। মখোঙ শেক্লি শেক্লি মনাক্তা চঙশিল্লকই। পাখৎনা হংঙি, 'কনানা তৌই দ্রুবীসে ?'

কনাসু খুম্লক্তে। মপা মমাদা হংজবনি। মপানা মমীৎ খারপ য়েংঙি। তোম্বা পেরি পেরি তৌরে। ভাব তারে। মরৈ হা-হা তম্লগা চৈনা খাঙবগী মখোঙ নাম্মা থাগত্তুনা তোম্বদা মুন্না য়েংখৎলকই দ্রুবী। নহালমখৈদি চেনশীল্লকপনি। শুমাঙ মতোনগী উরুম লাংবদা কোল্লগা পুথোকখি। য়েংবী, ঈদি খজিক্তং থোকই পোমদি ফনা চাউনা পোমখৎলি। ইঙ্খোলদগী তেরা পাইবী মনা খরা শুরু শুরু নৈরগা থোমদুনা ফিজেৎনা কিশিনবী। ফদোইরা ফরোইদোইরা খঙদে। মঙকশমদা নানবী, হায়, 'করিগী লম হেল্লি, হয়েংমখৈ হেনগনু। ঐখোয় বাবাসে শাথীবনি।' দ্রুবী নারম্বা নুংঙাইতে।

— লৈরম্মু, চাক চারুখিগে, নঙগীসু . . .।

দ্রুবীগী মরালদি নত্তে। তোম্বগী মপানা মীগীদা শীং খায়রুই। থেঙনা চেঙ ব্রাল্লরুগা মখোয় তরেৎকী থোংবনি। তোম্বা চরা হেল্লগা স্কুল কারুবনি। মপানা চাবা হৌগৎলকপদা থোঙজিন মনাক্তা লেপ্লুই। পীজবগী মহুত্তা, 'ঐখোয় ফাও চানীংঙাই লৈত্রসিদা বদমাস' হায়না ফৃঙ্গাগী চেগপ লংখিবনি। নামনখিবনা 'ওয়েং' হায়রগা পাইথোকখি। হায়বা ঙমদবা জিবগা ওইরে মশিং খঙদনা

পীজদ্রপোৎনি। তোম্বনা খাই খাইদুনা পীজবদি মবূক থনপোৎনত্তে। মপানা মসিগীদমক চৈ-থাংঙি, কোকশিনা হৎপী। দ্রুবীসু চামন্দদনা মখ্বাং চেংত্রিক চেংশিল্লে। খোংবফাওবা ঙমদ্রে। নাবগী চৈনাগা লাম্বগা পাবনে উরুমদা চপ তিংথোকখি। লৈবগী কান্নদে হায়না নোংমতা ঙাংদনা তোক্তে তোম মপানা। করিবু কান্নরি লাইরবগী য়ূমদা লৈদুনা। লোইদ্রিঙৈ মতমদদি মপানা পম্মগা নুংশিনা পুরকই। তোম্বগীদি তশেংনা মমান্নবনি। চাবা থকপা চৎপা কোয়বা মরূপ্পি। চাক খরা খাইরগা থন্নরে। লাম্মনবনা ফূক হৌগৎপদা অনাবনা ব্রেক খঙফা ফায়। মমীৎ মনা ইচোৎ চোৎনা চোপ চোপ চায়। হৌরকপগা অদুম লোয়থোকখ্রে। মঙক থাংগৎলকপদা মাঙ্গোলদা তোম মপা মুন্না য়েংলম্বা দ্রুবী শেক্লি শেক্লি মরুমদা চেনশিনখি।

— ওক্ত্রুবো ! তোকও তোকও হোরেন চারসিকো।

নুমিদাং থোংনি থোংঙোই খঙদ্রি। একাদশী বর্তনা মশিং তোয়রবা ইমুঙনি। ইনখৎলকপা মতমগা ওইরে চাবগী পেনবা নাইদে। মপানা নুংতিগী চৈ, চাবতমক তিংঙি হায়না।

তোম মপাসু নুংশি। অরূম অয়াং চাং তম্বদা মচানা হেল্লি। মসিনা দ্রুবী চৈবগী মরমনি। শা-মক ওইজরবসু চাবদি মীগুম্না চায়। লৈতবনিনা শাউনীংলকই। হু পীজরগা হাত্তোকঅসিরা য়ৌই।

থীনা তৌই কদায় চৎলুনি। শানি মীনা লুনা তৌদবা মফমদদি খক নক্লুদে। খঙদে দ্রুবীগী মপোক। য়োম্থোকখ্রসি তত্তনা হায়রিবনি তোম্বনা য়াদে।

ঙসিদি তশেংনা শাউখ্রে তোম মপানা তোম্বা। নুমিদাং চাক মরু'মত্তা পীজদনা ইমুঙ চঙহন্দ্রে। দ্রুবীগা মখা থংবগী হৈনৌ মখোঙদা লৈ। নীংথম থাগা ওইবগা মপা কিবগা চাক লাম্বগা মপি ঈরা চেল্লে। মমানদি কৌশিল্লি। চঙদি ইচঙ চঙলক্তে। তোম্ববু চঙখিনবা অমুক কূন অমুক লেপ কোয়চৎ'মুক চৎ তৌই দ্রুবীদো। মমানা ঙাংবা ফৈজুপ মনুংদা মপানা তায়। নুংঙাইত্রে, দ্রুবী পুরকঅমদ্রবদি মসি থোকলম্লোই।

অতিয়াগী লৈবাক্তা থব্রান লিশিং লিশিং শাৎলি। নোংথৌ তুরেলদা থব্রাম্মীচাক মপৈ মপৈ চেল্লি। তোম্বগী পিরাংদা ব্রাকচিংগী উনখা য়ৈরি। ফমুঙদা লৈবা মপানা মমাদা কৌশিল্লু হায়। য়াদ্রে।

'হায় ! প্রপ প্রপ চঙ্‌ঙকউ ননম তত্রিবৈঁদা' । কিব'মা য়াওহন্দ্রবদি য়ারোই খন্দুনা মপানা কৌই। হন্দকমুক কৌরকঅদি চঙগে খল্লি। তন্না কৌরকই, 'লাকউ হায়রদি কোক লাকউদনা ।'

চঙখ্রে । দ্রুবী য়েংহৌই ।

মমানা, 'চাক চাথোকঅরো, দ্রুবীগীদি ঐ পীজরুরগে ?' দ্রুবী তঙক তঙকহৌই । পীজগদৌরিব্রা পীজরোইদৌরিব্রা খঙদে । ইংলবা উনগী লীক্লানা হৈনৌ মথক্তগী খীকথরকই ।

— দ্রুবী, লা . . . লা . . . লা . . . ।

লংত্রিকপা মমীৎকা পাক চেনশিল্লক্তে । হন্দকমুক্তি মমৈ থেক্কত্তুনা চেনশিল্লকই । মীৎনা কৃপ্পদা লোয়থোকখি ।

— . . . দ্রুবী, হয়েং থন্না চারসিকো ।

তোম মমানা হন্না হাপ্পগী পাঙ্গল লৈত্রে ।

অঙনবা অয়ূক্তা অৱাংগী তা খম্বা শাউনা লাকই ।

— থোরকউ ইবো ! ঐনা কয়ারক হায়দ্রো হুই ফাজিল্লু, অঙাংনা ঙানু খরা লোই হুইগী তারেনে । ঙসিদি নঙ খঙগনি . . . ।

— কৈনো খুরা ! ধর্ম্ম থাদোকপীরব্রো শা-ঙা লোয়খৎলকইবো ?

— ইঃ শিগেরা ? নথীবোংফাও চানীংঙাই লৈত্রগা হুই . . . ।

— ফজনা খাজিল্লগা লোয়বীয়ু ।

— আই ! নহালখৈ নত্রেনা, হৈ গধা ।

— ঐনা হাৎলুচো চারুচো থাদোকখিদি নত্তেনা ।

— চেঙশায়বম কায়গেরা । হুই ঙাউরদি হুইবু থীবা মহৌশানি । ফৈ ঈতীক খঙহনগে ।

মীৱা মৈশা তারে । দ্রুবী য়োনবা তারে লুপা চাম্মা বোইনা লৌহৌই, হয়েংনি । নুমিদাং মবূক পেবমখৈ পীজরে । ঙসিনা পুন্সিদা অহানবা পূক থনবনি । তোম্বা শামিন খরদি ফংঙি । দ্রুবী পুনশিন্দুনা থম্মী ।

অথেঙবা অহীংদা তোম্বা দ্রুবী কোন্দুনা কপ্লি ।

— দ্রুবী ! নঙ করিগী লম হেল্লিনো ? ঐনা হায়দ্রো, হয়েং তলব চারগা পেনবমখৈ পীজগে হায়না ।

তূমিন্না তায়। তোম্বনা হন্না হন্না কোল্লি। করিগীনো খঙদে মপি পংশিন্দা শিঁছ্রে। দ্রুবীসু কপ্লি। অরাপ্পদা মমান্নবনা খোংবা তায়। মাদি শুকখোং খোংদে। হন্না হন্না কৌরকখি মমান্নবশিংনা। তাদে। তোম মপাসু নুংঙাইতে, মচানা লুনা তৌজবনি। করিসু খঙদবা শাদা থীনা তৌবীখ্রে। মসিদগী হেন্দোক্লুনা য়োম্থোকখ্রে। হয়েং লৌবা লাকঅনি। ঙসি চরা হেল্লমগদবা মানা কনবীরে। নোংমতা মনাক নকচবা নত্তে কিবনা। শাউখিবনি মাবু হেক উবগা। হয়েং মচাগা শেংনা খায়নবা মীকুপ্পি। তোম্বা য়াম্না নুংঙাইহৌরোই।

নোংঙাল্লে। পুং তারে। হায়নখিবা নহা মরিমক লাকই। মোমোন তৌই দ্রুবীনা লেঙদনা লৈরম্বা। পুরকপা বোরা অথূপ্পা দক থাদরকই মচীন পায়হৌরগা।

'তাদা ! বোরাসিদা হেক্তা অদুম হোইজিনবীরকউ . . .।' মরুম মরুম তৌনৈ। অৱাৎপা শেল হাপ্লে। চাহুমদা ওইরমাল্লে। তোম্বা মাঙ্গোলদগী লাউরকই, 'য়োনবা য়ারোই।'

মপাগী থম্মোইদা শাফূ অমা পীরকই। অদুবু নুঙগুম্না কনশিল্লি। নহাশিংদুনা বোরা মচীন লাউনা ফাক্তোকই। তোম্বা চেনশিল্লক্লুনা, 'য়ারোই দ্রুবী য়োনবা য়ারোই।'

— হৈস ! নঙ থাক্লেরা। আদা মবূক থল্লুদোয়নি।

— য়ারোই, ঐ খঙজি।

পুল্লিবা য়োহ্লিং মূল্লি।

— মসি অঙাংসি লম হেনবা শারদনা।

খূৎবাক অচৌবনা থাজিল্লি, তম্দন পাই।

নহা অমনা, 'ঐখোয়গীদা লুনা তৌবীদোয়নি।'

দ্রুবী তঙক তঙক তোম্ববু য়েংঙি, মরৈ হা হা তম্মী। মহাক্তি তাইবঙ মীরোল থোক্তবনা তোম্বদা হায়জবা ঙমদে। ঙসিদি চৈরাক ফংগদৌরি। লোয়না খঙজি তৌরিবদু।

তোম্বগী মতৌ নুংঙাইত্রবসু নহাশিংদি পুনিংবগী ঈখৌ লাংলি। তঙক তঙক্লে। তোম মপানা বোরা লাউনা হাংদোকহল্লি। থম্মোই পেত্থরুবা কান্নদে খল্লকই। নত্রবদি শেল হনবা তায়।

মখয়াৎ লাউবা বোরা মনুং তম্না চিংশিল্লি ইনশিল্লি। দ্রুবী পাক য়াদে। মপি ঈরা চেন্দুনা তোম মপাদা য়েংখৎলকই। তোম্বদা অমুক য়েংঙি। মপি চদুম চদুম তারকই। তোম্বা হিক হিক কপ্লকই। কুইদ্রে হায়নরুবা তৌদনা য়োৎহুিংগা লোয়ননা তপ্পা তপ্পা চঙথ্রে। মসিদগী তোম্বগী অহীক্লবা খোঞ্জেলতমক তায়, অমম্বা তাইবঙপান মনুংদা দ্রুবী।

২৭/৯/৯৮ ইং।

# ফজবা মিং

'প্রহ্লাদ' বার্তোন পারগা নোকনিংবমা য়াওনা নোকখি। ইতৌদা নুপীনা, 'করি য়াওরবগে . . . ?'

— ফজবা মিং অমা য়াওবা ! মরুপ প্রফুল্লোকুমারগীনি। হন্দক্কীসিদি নীপা ওইরমাল্লে। কদায়দগী থীরুদুনা ফংলকইবা মিং ? মথক্কী অনীদুনা মেনাক্সি, মেনকা। মমাগীনা মেমচা। মসিমদি ফরক তাই।

— ঐখোয়গীনা চিংভুঙম্বা, লিহোইঙম্বী, য়াইফবী চোংলম অমত্তা চাদবা।

— অদুগীবুদি ফরে, মমাদুদংগা প্রিয়ারি কৌরমদুনা প্রিয়াদর্শনী, প্রিমিল্লা, প্রেমনার্থকা কৌরল্লবদি স্না ফৃদোংলমগদবা।

— নাতৈ হুক্তবা।

— মচা নীপা অতাঙবগীনি চাউম্বদু ঙানা হৈথরনি নঙ ওইনা চংলোনে।

— চংলোদা ! বার্তোন্দা য়াওদনা।

— মসি শোনো চুইনে।

নোংমা ঐসু খনবা য়াবা খল্লবা মতুংদা তূমিন্না হায়, '. . . হন্দক্কীসিদি ফজবা মিং অনী লৈরে . . .।'

শাউরকখি, 'ঐ অনী করিসু পোক্লিংদে।'

— মসি লৌশিনবা হৈতেনহে। ফজবা মিংনিদা . . .।

নোকফেৎপুদি তৌই, প্রপ প্রপ তকশিল্লকপদুদি তৌদে।

১১ / ১২ / ৯৮ ইং।

# লোংথ্রাই অমগী পাৎ

অহীংগী য়ুথক অরোয়বা মমৈৰায় মচিন মৌপ্পা অনী তুংদা-মাঙদা লোংথ্রাই অমগা তফি তফি চেল্লী চীংয়াগী লাইফম ওইনা তৌবা পাৎ মচা তম্না। মখোয়না চেল্লীবগী মরমদি খুনগী নুপীশিংনা হানখিদনবনি। ষনলম ওইবনা কোংকুৎ কোরাং মশিং লাংঙমদে। অদুবু অশোয়বা অমত্তা য়াওদনা কান কান্দুনা চেনখি। পাৎ য়ৌবগা মথৰায় নুংঙাইরে। কনাসু কূম্নরক্লমদ্রি। মচেগী মফি ফনেক অমদি তুঙ্গোল শেমজিল শাজিল্লি। মৌপ্পাদি তয়ারিদা লৈরে, লোংথ্রাই মরি পায়রগা। মচেসু মীৎ কুপ্তে হুপ্না হুপ্নৌ হৌবা অথেনবা মফমদা ফন চোংথখি। অহীংদা মশা তেকখৎলম্বা হুপ্না হুপ্নৌ মতোন শিৎ-শিৎ পাকথখি। লাইবক ফবা হায়বদুনি মচঙ চাবা শেন্দ্রাংগুম ইরাংঙা অমদি হুরুলাউবী মচা মশু ঙৌরোক ঙৌনা লক্লকপদা মমায় মমায় ওনশিন্ননা হরাও মীৎয়েং য়েংনৈ, মল্লিবদা। মচেগী মখূৎনা খো-খো খোৎচিন তুঙ্গোলদা শৎ শৎ হুম্থখি। চবুল চবুল লকপসু য়াওই। উরু উরু মচেনা কন্না নমশিল্লি। লৈস্লেশিং অমত্তা নাহোকপা ঙমদে। অচৌবা মচা থাদোক্তে। লকপু লকঅবা লেম্না থাদে।

ঙাইহাক লৈরগা নুপী অনী'মসু কূম্লকই। মথং মথং জূরা জূরা। নুপী অমনা অশুৰাইদগী হংলকই, 'নখোয় নচিন নৌপ্পাবু কয়াম ফারগে ?'

— ফাদ্রিদা ইনে।